# মণি থিব

## অহানবা মতাং

(অমম অঙান লাম্বেংনবগি অকিব ইশৈ, যম্লন খোংব তায়। লাই হিংচাব অমম্বন পিকতরু ঙাঙবী করেম্বব হৈবী থবাবু ফাগদবগি ঙান্নরি; চেল্লি চোংই লাক্লরি, অরা-অনা খোঙ্গেল যম্লন ফোংদোক্লি য়াক্লা। হিংচাবন কারব উম্মব মাল্লব মীকুপ্ত থাবান "অাঁ"—লাওবদ মুমিং (মপাবুং) খোরক্লরম—অমম্ব চেনথি—থবান জগোই শান্দ্রন মোমোন নোক অঙানবদ্দ তিনথি নম্রগ চীং মরুমদ তাখি। চীঙথৈ হল্লে, অয়ুক অঙনবনি, অঙানবন অমম্ববু মাইথীব পীথিবদ ঙায়রি। যেনবা খোংই।

কাছাড় লমীদৈ মনুংলোম পণ্ডিত নখো ১... চেগু ১ গু. উচান মৈরা অম পায়, কোল্লয়েং রেং পোং তাহোব থিবগুম খোয়কই।)

পণ্ডিত—লোম অসিবু কোংলৈবাক মোণিপুর নত্তরাও? কোংলৈবাক মণিপুর নত্তরাও?

(মাইচৌ লাল্লুপ কারুবগি কোনুংলোমদৈ হিগ্ন-চানব ফিয়োম য়েপ্তুন ময়ুম কুম্মকপ থেংনৈ।)

মাইচৌ—কনানো উঝাবু ? কংলৈবাক মণিপুর থিরিব করিগিনো ?
উচান্দু মুখংলু, স্নক পাকপা তম্পাক অসিবু উদব্রাও ?
কংলৈবাক মণিপুর হাযবদু অসিনি।

পণ্ডিত—মণিপুর ওইরেদি মোণিদি কদায় ?

মাইঃ—আয়ঃ, ঐস্ন লৈবাক'সগি মাইচৌ অমনি মণি'দ থংদেন।

পণ্ডিঃ—মোণি থিব পণ্ডিত অম থোরকই হায়ব তাব্রা ?

মাই.—তায়, ঐ মাবু উন্নব পাম্মি—ঐস্ন প'ণ্ডিতনি।

পণ্ডিঃ—নিপা'দো। মন্ন লোমগি পণ্ডিততো ঐনি।

মাই ঃ—অয়ুক্ত উচান পাযরগ পোৎ থিব পণ্ডিতো।

পণ্ডিঃ—ঙরাং নহালদৈগি অহিংচুপ্ন মোণি থিবনি, কোন্নুংদ লৈবম্ন
তায, মোফম অতৈদ লৈব উদে।

মাই ঃ—উচান্দু মুখংলু পণ্ডিত, নুমিৎ থোক্লে।

পণ্ডি—সনা অশেংব মোণি অশেংব, মী অশেংবদি মৈ ইক্তু বদি
করম্ন খঙগনি ?

মাই ঃ—ঐন তাক্কনি, মুখংলু পণ্ডিত। মৈ বাংলোই নোংপোক্ত
মৈ চারা হৌরি। ঙাইখো মণি থিরিববু করিগিনে ?

পণ্ডিঃ—লৈন্ত লাইর কোরব মুংঙাইন হিংনবনি। ঐহাক
কৈলাশ চীং য়োকরে, মহাদেবন তাক্লকপনি—কোন্নুংদ
চংসি ঐবু কোন্নুংদ লৈব য়াগব্রা ?

মাই ঃ—লৈম নিংথৌন চানবিরগ'দ লৈব য়াগনি, মজাইবেন্মশিংন
থরাইবু তাগ্রবদি মমাক ইবুংঙো, য়েঙ্গাং হাওরে মহুদি।

পণ্ডিঃ—যেসা পাম্বৈন কোনুংদ লৈব তায়, যেসা পাম্বৈন মোণিদু লৈভম্ন খঙলগ, হুব নত্রগ নীব লাকপ নংগি ঐগি মীয়ামগি মুংঙাইনব।

মাই :—মণিগন করম্ন মুংঙাইদৌরিব ?

পণ্ডিঃ—হঙোই বে'ডবী ফাওব অরংব মণি মচা অম লোইবদৈ চাব রাতে।

মাই :—অদুক ফব মণিদু কোনুংন ঐখোয় মীচমদ পীরক্কদ্রে', উহনগদ্র ?

পণ্ডিঃ—কবি পাম্বৈন ওইরবস্নু মোণিদু নং, মা, ঐ মীয়াম ঐখোয়গি ইখুৎ চনব তাবনি। নত্রবদি কয় রান, কয়া নংন, হিংব তাবনে—রাখল তৌরো মাইচৌ।

মাই :—তুদি পণ্ডিত মীহৌরোলগি নিংথৌ থর উন্নব তাবনি, মণিগি থেংঙ্গুল লীসি হায়রবদি।

পণ্ডিঃ—মানি মাইচৌ, থর লিব কোনুংদ কাসি, লিদ লিব কোনুংদদি মরোল ইরোল খঙনদফুন শা লান শানি, মতম মাংদুন তোক্কনি। চৎলু চৎসি মাইচৌ, ইতিহাস হায়ব চীংজাউ তুরেলগি মকদু য়োনব কাসি। পংরাং রাংন কাদ্রবস্নু মোণিদু লম্বীদ থেংনবস্নু য়াইদো।

মাই :—ঐদ লালুপ কাবগুম চৎলুবনি, যুমদ হন্দব গুমিৎ ৫/৬ নী শুরে, হুজিকমক চৎসি হায়বসি খিৎ পুক্লিং চিংনৈকো পণ্ডিত।

পণ্ডি :—পংকুই কুইরোই মাইচৌ, রাখলন কাগদব চীংনি, মীহৌরোল তুরেল মরু, ইতিহাস চীং পংশাং শাংদে —পংরাং রাংদে।

মাই :—খঙদেনে, নুপী অঙাংদু করি চাত্নন লৈরমগব মীগি মীনাইদুম ওইরম্ভত্রা! অকিব অমদুম পুক্লিংদ ফাওরকপ শায়।

পণ্ডিঃ—মোনিত্নু ফংলবদি পণ্ডিত, অর-অনা, লৈত লায়ব অয়াম্ব কোক্লগনি—করিমত রারুম্নু নুপী অহনব, অঙাং অনৌব য়াম্ন থিব য়ানি। চংলু তুরেল মরূদ মণি তাত্রা য়েংসি। মাইচৌ, থবক অরাব হবচাংগি শূদৌশরুক লৌশিং রাখল শিজিন্নদুন হিসে।

মাই :—হোৎনরিবনি পণ্ডিত, মাইব খর শা, পাঞ্জি ঙহাক ওই, খুৎলৌ খর ফাক, থৌ খর মীগি তৌবি—তাংক্ত হিংলকইব কুইরবনে পণ্ডিত। ঐথোয়সিবু নুংঙাইন ংিংব য়াদে হায়দুন নোংদম্বন লাইবক্ত য়েকথ্রবা করিনো খঙদ্রে।

পণ্ডিঃ—ইখুৎন লাইবক য়েকচগদবনি, মীন য়েকপিব য়াগুমসে।

( পাম্বোম কোম্নুংলোমদৈ তফিং তফিং লাক্লগ ২বু উবদ )

পাম্বেম :—নাশা নথোয় কনা কনানো—উন্নব ফরেদা!

মাইচৌঃ—অথোব, ননাই ঐথোয় লাইয়েক শূব মী ঙাক্লনি, কোম্নুংদ করিগুম্ব অমগি কাজরকপনি, খঙজব হৈজব খরসি স্না খুয়াথাদ কৎচনীংদুন।

পামঃ— নখোয়নন লাকপ তান য়াম্ন চারে, চংউ কোন্নুং তাম্ন পরপ পরপ, পাম্বোম ঐন থারকপনি হায়য়ু। হুজিক হুজিক ইনিংথৌন শা ফাব লেংগদবদ দোলাইরেং অনী রাৎতুন লৈরবনি। নবুক থম্ন চাক পীজনি, শা ফারগ মনা ফংবস্থ য়াওনি। চৎলু ঐ শাবাও লৌরুগে মাং থান চখৎতুন। হায় কনা লৈ লোইশংমচাশা? চৎ-খ্রিব নিপা ২ড দোলাই পুব য়াওহল্লু, মবুক থম্ন চাক পীজৌ হায়। ( চৎখি চীংয়া জঙ্গলদ )

( নিপা ২দু য়েংনদুন ঙকই, দাই হম্ন হম্ন কোন্নুংদ চংখি )

মাইঃ— করম্নো পণ্ডিত ইমানীবে ?

পণ্ডিঃ— ফন ব্রারবস্থ মণি মনাক্ত লৈবন ফৈ।

( ২দু চংখি তল্লপ )

হোংব—নখোয়নীবু লুহোং খোঙচৎ ঔরাইরিব্রাও— পরপ পরপ লাওনহায়, দোলাইরেং ওইমিন্নব তায়নে। চাক চজিক খর লৈবনি, পানগ তোৎতুন চাবদি হাওবনি, চৎলো চাথোকউরো। ( মন্নুংদ ঙাংব )

( নিংথৌ শাবগ চাউবগ ব্রারী শাদুন লাকই )

নিংথৌ—শাগি পাউবু করি হায়ন তারিবগে চাউবা? কৈবল শারব নব্রাও?

চাউবা—কৈবন শারে আজ্ঞা, কুম্মে মুংঙাইরনি ঙসিদি। অপঙ অথৌ খর ধাজিল্লগ থাং তান থিন্দৎতুন হাৎহল্লব, অদুগ

ইনিংথৌন কোম্ন লেংশিল্লগ অশিব কৈদুগি মকোই ফোইবিব— কৈঙম্ব হায়ব মিংথোল .........

নিংঃ— চরোদা তানিংদেদা, চাউব অপঙ নংন ঙাংব অম। অদুম হায়ন ওইদব থিত্তং তৌরুবদ লারৈ লাথুপ্ত ইব হৈনব কাংবুন করি হায়ন ঐবু ইথিদগে ?

চাউঃ— শিরগ ইতু্দ মীন ঙাংনহৌবত্তদি ৱা ওইন তাবিরুন্নু আজ্ঞ। হুজিক হুজিক অনিংবদ

অপাম্বী—( কোনু গি সিড়ীদগি ) চাউবা। নঙোন্দ ঐন হায়বদু স্নথ্যা ইবুংঙোদ হঙ্গৎলব্রাও ?

( ক্কা মতপ ২/৩ লাপ্লৈ )

নিংঃ— করি ৱানো চাউব লৈমন পাম্মিবদু ?

( চাউবন খুমদে, ইঙ্গিত্ত তৌই )

অপাঃ— শা ফাব লেংবদ ঐসু য়েংজগে খর পুবিয়ু হায়জবনি।

নিংঃ— নংবু শা কৈ কিদ্রাও অপাম্বী ?

অপাঃ— ইথন্দ চৎকদব নত্তবনিন কিজদে।

নিংঃ— ঐগ শোইনন দোলাই তোংলগ চৎনি হায়রিব্রা —? শ্রীরাম্ন অদৃঙৈ বোন্দ লেংবদ সীতান ইনথিবগুম ?

অপাঃ— চা'নবিয়ু হ যজরিবা, রঘুপতি ( নোকফেৎ )

চাউঃ— ঐ লক্ষ্মণ শাব তারেদনা ...... !

নিংঃ— কৈ'গি ময়া, খুজিন, শারাক, থোশাদব য়াব পোৎ নত্তে অপাম্বী। নঙবু খর খঙঙ্‌নে।

অপাঃ — ননাই ঐন কিজবসে স্নখ্যা ইবুংঙোদনি, শা-কৈ লমওক, অমস্ত কিজদেয়ে।

নিংঃ— ইংগৌনাগি ইমিং চৎলিব লাইনিংথৌ ঐবু লমওক, কৈশাল লমতুই কি হায়বনি, গিত্তদ শোইবনে মী হায়বসে খুংলাই যাওন শোক্লকপদি নত্তবনিন।

অপাঃ— ননাই ঐদি কিজদে, মাইযোক ব্রা চৈংজয়ে ইবেঙ্গৌন তম্বিবমতুনা। মখোযগুস নারক্কি লমশাদি হায়রুনু মীবক্কগি শিংলব, থৌবব, মতিক লৈরব মীথোই মীচেন ফাওব ননাই ঐগি মাইয়োকব্রান শুম্ব ওম্মি।

নিংঃ-- হায, অপাম্বী! (মুন্ন যেংলগ) ঐন লৈবাক্কি থবক অকংব শূরিবৈঙেদ হকাম ব্র' চল্লকইব খংউই উইরকইবসিদি নংগি মাইয়োক ব্রান শুম্মিবজাৎ ওইরে।

অপাঃ— নত্তবদে।

নিং ঃ— (খুংদাম্বী থিল্লগ) হায় লৌশোকউ, কৈ মমাংদ ঐ তূম্বিংলক্লবদি মাংলেদো?

অপাঃ - লৌথোকপ ওমজরোই নিংথৌমচাদি মমীৎ য়াম্মি। ঐবু পুবিযু হায়বদি য়াদ্রগা (চৎখি 'সডীদ)

নিং ঃ— য়াম্মি হায়নু মীৎ অনীদনিনে। অনীসিদি নংবু য়েংন ফাওব কোম্নরমদ্রিবসিনি।

অপাঃ— ননাই ঐবুদি নামতন য়েংবিয়ো।

(দোলাইরেং মাইচৌ, পণ্ডিত, হোংব অমদি চাউবন দোলাইদ নিংথৌবু তোংহল্লগ বান পুই, লখীদ মাইকৈ

খঙদন থম্ন তোংঙৈ মরীল লোমদ চৎখি— নিংথৌগ অপাম্বীগ য়েংনৈ থুৎ হায়মৈ ॥ দোলাই তোংতুন নিংথৌ চৎখ্রে, কুম্বিৎ লৈগখ্রে চীং মরুমদ, সঙ্গেন্নহাশিং সল্লুপ পুন্তুন বাঁশি খোংতুন ময়ুমদ হল্লকপ মরুম ওইরে। সগোল তোংব নিপা অম (পা ও নত্রগ অত্তোপ্প অমন শাব য়াই) লানবাউ চেনব লাকই। (ধোন থিল্লি)

সগোল:— নিংথৌ অঙম অথৌ, লৈবাক প্রজা পুম্ব তাবিহৌ— মৈরম পাংবদ লান লাকহৌরে, অৱারা, তখেল্লা, খাগীরা, চীংমীরা, অরেপ্পদি খঙনদ্রি, লান্দি লাকহৌরে প্রজা পুম্ব অকনবস্ম অশোনবস্ম, নরৈবাক কম্নব শেম-শাবিরো। লান লাকহৌরে—লান।

অপাঃ— (অৱাংব সিড়ীদৈ) হায় সগোল পাউ! করি লমদৈ লাম্নো খঙদন পাউজেনব অঙাওবাও! লাল্লুপ কারিব লানগি লোইশংদ তাক্লম্মু— মেজোর সাজোর ফম্নাইব, লেমজা চাবশিংদ খঙহল্লম্মু। করি লাম্নো খঙলগ পাউ অমুক পুরকউ। ইনিংথৌদি শা ফাব লেংখি, ঐন লান চংব্রা কবিনো খঙদ্রি; মাইকৈ অশেংবদদি হায় খঙহল্লো তোম্বা মাইথক॥

সগোলঃ— ননাই ঐ ফিংমনগ্রদুন লানশক খঙজরক্লে, অমুক লাকচগে আজ্ঞা ইবেম্ম'। (শগোল থোখি)

অপাঃ— কনা কনা লৈ? লানগি ঝিজোল পিরে হায়। ঐ লান চংকে খাগী থাম্রং, কবো অৱা, খাগী লৈহাও, ' তখেল্লে লোইন শুমগে য়াদ্রগা শোইগে। (ফন্দুন চৎখি)

(পাম্বোম্ন সাবাউ পুরগ সগোল তোংডুন থোরকই)

পাং:— তাবিয়ু কংলৈপাক্কি প্রজাশিং, মথারমদ ঙাওরম্বা শা, কৈমচা ৫ ফারে, শ্রীযুৎকি স্নাখুৎমরু মৎরাই লৌবনি। শ্রীযুৎ কৈফাববু মতেং পাংবিখিব অকনব অথৌব তা পায়ব ১০দ থুম্পাক অমমম, থুম্পাক ১০ পুম্ন, ঙবোং অমমম পুম্ন ঙবোং ১০ মনা পীবিরনি হায়ন স্না য়াথং তাওগে॥

(বেঙ্গল খোংডুন নিংথৌবু দোলাইদ পুরকই, ঙহাক থারগ পোথানৈ। দোলাইরেং মমা টনা রাই।)

সগোলঃ—তাবিয়ু মণিপুরগি নিংথৌ অঙম অথৌ অমদি মরৈবাক নীংব প্রজাশিং। মৈরম পা বদ চী মী কাংবু খরবুস্থ খোমডুন খাগীন লান্দাবক্লে। তম্পাক য়োরকপদ লোইনমক শোইদৎনব অকন অথৌ পুম্ব লান্দ লেংলসে।

নিংথৌ:- হায সগোল পাউ। লৈপাক শিনহংন লাংথোকউ— ঐ ইশামক লান্দ চংগনি হায়যু প্রজা খুদিং ক মখুৎচাব খুৎলাই থাংজো, হৈজ্রাং, তা য়োংপাক, শিংজং খঙদে থাঙ্গোল খঙদে, অমমম পায়রগ লাকও হায়যু।

সগোল—অ জ্ঞা। (চৎখিবদ) লান লাকলে প্রজাশা, থকপ চাব অরাইবনি; উতুপ র তুপ অফংব খুৎলাই অমমম পায়রগ থোকপিরকও মৈরম পাংবদ খাগীগি লান লাক্লে হায়রে। শ্রীযুৎস্থ কুম্মৈ য়েংবিদোরি থরাই থাব পাম্মুবিনো।

নখুৎচাব খুৎলাই অমমম থিয়ো মুংতুমলা থাংতেকলা অমমম পায়য়ু, হুজিকমক খাগীগ লান্থেংনরুব তায় ॥

মাইঃ— ননাই ঐখোয়বু সা ফাব য়াওরুবদৈ হল্লকপদ ঙায়জরি, চাক্ক উন্নদবস্থ কুইজরে ইয়ুম ইয়ুমদ কুন্নগ চন্না অমত্তদি পুক থন্ন চারুরগ লান চংজগে হায়ববু।

নিং :— মদু য়ারোই কোনুংদৈ চাখো। অহাও হাওত পুক থনব থন্দব থিনু— লান ঙম্মগ চাক হোংলগ নোংমদ চন্না অনী (২) পুক থন্ন থন্ন চাশি ইনাইশা।

পাম:— লাকও অথৌবশা, সাদ থৌবগুম লান্দস্থ নথৌনা উৎলু শিব কিগনু। শিদব থোক্লবদি মনা ফংনি, কৈফেজোম ফংনি; শিব থোক্লগ স্বর্গ কানি! স্বর্গ হায়বদু মুংঙাই থ্রব লম্নি, তাইবংপান্দ লাক্লবগুম লাক্লবিরোই ॥

(মথোয় ৪ পরেং শান লেপ্পূন তারি)

চৎলু— যেৎ ওই য়েৎ; য়েৎ ওই য়েৎ। লেপখো। চেংপাল্লা, চাক্লা, পাল্লা লফুরা, অফংব খর চা, হিংব তাবনি লান মনুংসিদি। চৎলু চাকবো, চাব হেক লোই-বগ খুৎলাই অমমম পায়তুন চেল্লকউ, লান্দ চৎসি নরাইবক য়েংজো। হায় চাখুম পাক্লবশা! মী ৪০০ গি চানব থৌরাং লোইরো। (৪ দু চ খি)

নিং :— পূংজাউ থীন্দুন প্রজা কৌথৎলো পাম্বোম ঐস্থ চন্না ব্রাল্লুখিগে— অপ শ্বীদৈ লানগি বিদায়স্থ লৌরুখিগে।

পাম :— আজ্ঞা, স্না য়াথং ইকোক্ত থোজরে। (চৎখিবদ) তাও

তাও, প্রজাশা—খাগীন লান্দাররে থা মৈরম পাংবদ লান চংব ঙমগদব নিপামখৈ নখুং চাব খুৎলাই পায়রুন থোরকও —ইনিংথৌ কৈফাব— কংলৈবাক লৈমপুগি স্না য়াথংনে।

নিং :— ( কোনুংগি সিড়ীদ ) থোঙ হাংদোকউ হায় কনা লৈ ?

অপাঃ—( মনুংদৈ ) তম্ব নংবু কনানো ? ইনিংথৌ কৈফাব লৈমপু লৈতে হায়রুন শাগ্রেম লানগ্রেম্নবরাও ? নথরাই মাংনিংদ্রবদি স্না সঙ্গায়সিদৈ লাপ্ন চেঞ্জখা। অপান্ধী ঐন কোনুং ঙাকলিউঙ খাগী খাত্রং, অরা কবোন মীতৈ কোনুং লোব য়ারোই।

নিং :— অড়ুদি থোরকউ কনানো ? মৈত্রবাক লোইচনগে লাকপ খাগী লৈহাওনি ঐ— নখুৎ চাব খুৎলাই পায়রকউ লান থেংনসি। ঙম্মগ কোনুং কঞ্জহৌ। ( মশক লোৎলি কিন )

( লানগি ফিজেৎ হায়রপ শেৎ, কোযেৎ য়েৎ খদাংচেৎ লাক, থাং চুঙ্গোই পাযত্রন অপান্বী থোরকই। থাং হাযত্রন কদম তৌই। )

অপাঃ— মৈববাকমচা, নখরাই কন্নব শেম-শাও

( থাং কদম তৌই হাই য়েৎত-ওইদ )

নিং :— ( মখুৎ থাঙ্গৎলগ ) মৈত্রবাক্কি অথৌবী ঐহাক নহাক্কি বন্দিনি।

অপাঃ— মাইথীরব লাম্মীদ মীতৈদি থীন তৌদে, লান্দগি ফায়র্কপ য়েরববু মতিক চান চান ইকাই, চৎলু বন্দি ওইরবস্থ অপৌব, কোনুংদ ফংব খাইদৈ হাওরব থুম্নব চিঞ্জাক চাব য়ানি। ( কিন নিংথৌন য়েংবদ )

করিমত্ত কিন্নু, য়েক্লব ওইরম্ব, খুৎলাই থারব লান্মীদ ঐহাক খুৎলাই শিজিন্নরোই। ( কোন্নংদ পুরগ চংথি )

( পান্মোম্ন লান্মী অনী চৈতুপ উতুপ পায়হল্লগ ক্ষাদুনা পুরকই লাক্ষ চংদব য়াদে হায়দুনা )

পামঃ— নরৈবাক কন্নব লান্দগি লৈথোক্কুনা চেনব য়াব্রাও? নখোয়বু মৈত্রবাক মচা ঙাক্ত নব্রাও?

লা ১ঃ—ননাই ঐন লান্দ শিখিব থোক্লবদি ঐ'গি মুপী শকথীবীদু অথোবনা লৌবীয়ু, ইচা অহুমত্থ য়োকপিয়ু॥

লা ২ঃ—ননাই ঐগীদি মুপী অঙাংগিদি অরাব লৈজদ্রে, করিনা হায়রবু মগাথংবগি তাধন হঞ্জবন য়াম্ন লুন তৌবি মুপী-বুস্থ অঙাংবুস্থ। চানব চেং লৈত্রে খর পূরুচো হায়দুন ননাইদু থাখিবদ চেংদ নত্তন, য়েঙ্গাংস্থ ঙাস্থ পঙপিদ পীবিরকই। ঐবু চীংদ চৎলু, লংফৈদ ললোন ইতিক চৎলু– শেল থংবিগে য়াম্ন হায়— ঐন য়ুম থাদোকপ পাম্মজদুন স্থকচৎ চত্তব। হুজিক্তি স্নায়াধংন ফাদুন লান্দ চৎপ তারবনিন তাধনস্থ হরাউহোরে, মুপী অঙাংস্থ মবুক থঞ্জহোরনি। ( মণি তৈথোকই )

পামঃ— নথৌনা উৎতুন লান্দ চংউ, নরৈবাক্কিদমক শিব কিগন্নু। নমাই পাল্লগ লান্দগি হল্লরবদি নফম চাউহনগনি, পজেং ফিরান থেৎহনগনি। চৎলু, আদ চৎলিব লান্মীশিংসিগি মতুং ইনথে।

(২চু ভন্ন ভন্ন চৎখি)

(দোলাইরেং ৪চু উত্তেক, থাংতেক, থাং-ভা অরৈব পায়দুন লাকই—পরেং শান— নিংথৌসু লানফি শেৎলগ থোরকই, অপান্বীন কা লানলি, মঙ্গল পী, ময়ায় উবদ খুকয়ে— কুমথরগ সিডীদ দোলাই তোংখৎলি— ৪চু রান পুই। পান্বোম মাং থাদুন লাওভুৰ চৎলি।)

পামঃ— য়ানশিল্লো মীতৈ অথৌবশা, থাং তেন কিগনো নথবাই পাম্মুগনো। লৈবাক্কি য়াইফনব, ইনিংথৌগি য়াইফনব নখূৎ তেকপ নমীৎ তাংব কিগনো প্রজাশা, ইনিংথৌন মুংঙাইরবদি প্রজা ঐখোয়গি মুংঙাইবনি, ইনিংথৌনবু পেনবিরবদি প্রজা ঐখোয়দি চরা অমত্ত চারবস্থ পুক থনবনি, ঙবোং অমত্ত শুপ্লবস্থ ইস্থমদবনি।

(লান্মী ১ অমদি ২ মনীং হন্দূন "অয়ো ইমা শিরে শিরে" লাওরগ চেল্লকই। পান্বোম্ম খাম্মি ফায়।)

পামঃ— করিগি চেল্লকই পাংদবশা? য়েরুবদ নঙ্গন উৎপ হৌ-নত্রা মীতৈ অথৌবশা? অমুক হল্লু লান্দ চংউ।

লাঃ ১— লাম্বা চাদদুন চেন্নরকপনি অঙম্ব। তেন্ন পানব, থাংন শোকপসি য়াম্ন নায় অঙম্ব।

লাঃ ২—অতৈন চেন্নব উরবদি আজ্ঞা, হেক্ত চেন্নিংই, খাম্ব নং-হৌদে খোঙন চেনখিবদ।

পামঃ— দোলাইরেংশা খুৎলাই পায়য়ু শ্রীযুৎ ইবুংঙো লৈপুং মরুমদ থুপ্পিয়ু— ননাই ঐ য়েরুবশিংবু অমুক্তা তান-খায়জগে।

( দোলাইরেং ৪, লান্মী ২ অমসুং পাম্বোম্ তুংদৈ থৌ-জিন্দুন তেন কাপই, তা হুল্লি, থাং লংই, নুংতম হুল্লি— অকনবন লান থেংনবগি মতৌ উংলি। অতৈন মথোনা অশংব উংলি, চোকথৈ, চাক লাম্মি ঈশিং থোরাংই, পাম্বোমগ নিংথৌগন লেপুং মরুমদ লোৎলগ থক থক নিকই, অচাপোৎ লৌথোকতুন চামিন্নরি। যেরুবন চেনখিব মতৌ উবদ পাম্বোম চোংথোকই মনা থানব )

মাইঃ— মণিপুরন জয় ওইরে! যেরুব চেনখ্রে।

পণ্ডিঃ—মণিগি লৈবাক মণিপুরগি জয়!
ইনিংথৌ কৈ ফাবগি জয়!

মাইঃ— থাগি গুম্বগি জয় !!

পামঃ— মখোয় মখোয়গুম্ব মৈর্বাকচান মণিপুব স্নালৈবাকপু লোইচনব য়াব্রাও? ঐখোয়শি লৈন্নিংদ।

নিংঃ— য়েরুশিংদু চেনখিব শোইদ্রেকো ইনাই অথৌবশা।

( কিন থোরকই লোৎফম'দ )

পামঃ— লোইন চেনখ্রে আজ্ঞা।

নিংঃ— ঐগি অচানব পাম্বোম, অথৌব নংবু গুসিদৈ মেজোর হাপ্পবনি, লৌ পরী অম লোজা ফংলগনি। ঐগি অথৌব লান্মীশা! নখোয়বুস্ত ঐন মতিক চাব ফিরোল, চেং-চাক মনা মথুম লৈবাক মীয়ামগি মমাংদ পীগনি। লান লোইরবনিন কোম্নুংদ হল্লসি চৎলু।

( দোলাইদ ফমথি মরীতুন পুই অমুক পাম্বোম্ মাং াতুন লাওডুন হল্লকই )

পামঃ— জৈ ! জৈ ! ইনিংথৌ কৈফাবগি জৈ !
জৈ জৈ কংলৈপাক মপু লাইনিংথৌ কৈফাবগি জৈ।
জৈ জৈ খা'গ ঙম্বগী ...... জৈ।

( বেন্দ পার্টিগী তান্দ লৈত্তুন হায়ত্তুন চৎপি কোইন থেক্ক পাম্বোম্ব মাংদ থাঃ হায়ত্তুন চৎপি থেক্ক, লাম্মী ২ন থোগল তোই, অৱাবশিংগি মহুৎ শিল্লি। থৱ চৎলগ ৱানত্তুন পোখাই— অচা অথক থিকৱগ চাম্বিন্নৈ ময়াম থৱ থৱ য়েন্নৱগ। )

( অহনবী মীতৈগি মৌ অম মান্ন খৈদেন কাব থোরকই থুম্মোক অম পায় মতমত্ত ন্নুমিদাংবাইনি। )

পামঃ— খুঙ্গাশিংদগি ঙা চাক শীঙ খোমগৎলু চৎলু লান চৎ-নিংদ্তুন লৈথরব্ব নিপা লাঞ্জংব য়াবশিং থেংনৱবদি ফাদন পুথৎলকউ। ( অতৈ চৎখি )

নিং ঃ— ( পাম্বো দ ) পাম্বোম আদ চৎলিবসি কনানো স্থৱাইদ কৌশিল্লকউ ৱা হংগে, ফজৈনহায় !

পামঃ— স্নুপী নং কদায়দ চৎলিবা ?

অহনঃ—খৈদেন্দ চান থক্রুব খিত্তুং লৈজরুগে চৎচরি।

পামঃ— নং খৈদেন্দ কারুৱনু চান থক্রুব শেৎ ইন্নবগি অৱাব লৈররোই। শ্রীযুৎ ইবুংঙো কংলৈবাক্কি লৈমাবন নংবু লৈমৱোলশিংগি মরক্ত চলহনব পাম্নে। স্না য়াথংনি, থুরুমজরব্বাও লাইবক ফবী পোকপগি মহৈ য়াল্লবনি।

অহনঃ—করি ৱানো অঙম্ব ইবুংঙো, ননাই ঐদি মৌগি শীঙদ চল্লবীনি।

নিং :—( চংলক্লগ ) করি হায়রিবনো পাম্বোম ?

পাম:— গুহাক তুক মুপীগি হৌনব ওইনজব হায়বহুনি আজ্ঞা।

নিং :— করি নিঙাইনো মুপী নরাইঁবক ফজো হায়বদ য়ানীং দ্রিববো ? ( মমাই অরোৎপদু তাম্নতুন য়েংই খুকম্ব লোইরগস্ত ) নমিংদি করি ?

অহনঃ— ননাই ঐগি মিংদি থম্না কৌজে আজ্ঞা, ইয়ুম পাঙ্গরবীনি।

নিং :— নমিং থম্বাল কৌ থম্নাদি কেমগনবনি। নংগি নুপাদু লান চৎখিবো, য়ুমদ লৈহৌব্রা ?

অহনঃ—অকম হৌদুন লৈ, লান চৎপ ঙমদে আজ্ঞা।

নিং :— অকম অপুম্বদু মাগি ওইহৌরসনু, নংদি কোনুংদ চৎপ তারে ঐগি লৈ নাচোম শেম্নব, পান ক্বা তপ্পব।

অহনঃ—থৌজানবিদুন ননাই ঐবু থাদোকপিরম্মু ইত্তিকচাদবীনি।

নিং :— অকম মকোন্দু অঙাং ওলহল্লবদি নং ব্রাইশংন কোনুংদ লৈকব য়ানি নত্রা ? পাম্বোম, মাগি নিপাদু হিংন পুরকউ মশান য়ারগ নত্রগ অঙাং ওলহল্লু।

অহনঃ—( খুরুম্মগ ) মথব্রাইদদি কনখিযু আজ্ঞা, শোল্লব কুমলাইনাদ থৌনা উৎপিরগ করি কান্নগদগে ? মাবু মাংহনবিগ্রবস্ত ঐসি মাগিনি হায়ব তাব্রগদব মিহুল হুল্লকইব থাবুম অহুম শুজিনখ্রে আজ্ঞা। অতোন অত্তাশিংগি থব্রাই, মরঙ্গ, লমচৎ ঙাকপিগদব লৈমপুন সম্বল ওইবিরগ হব্রাইমতোন থদংপিবদি ইনীংথৌগি মত্তিকচাদে।

নিং :— তুমিন লৈয়ু তানীংদে।

( পাম্বোম্ম থম্নাগি মতৈ কুমলৈন পুদ্দুন লাকই মখুৎ পুল্লগ )

পাম:— কুম লৈনাদু ২সিনি আজ্ঞা।

( নিপাদু খুকমই, থাদোকপিব )

নিং:— হায় কুম লৈনা মুপীসি কনানো খঙব্রা ? নং করি-গিনো লান চৎকেদি হায়দন নয়ুমদ কুম লৈনা শাদুন কুল্লিবা ?

কুম:— ননাই ঐ অকুম লাইহৌন শোল্লব নিপা লাইহকথীবনি, লান চংব ওমজদব অশে বনি। মুপী ইবেম্মসিন য়োকপি থাকপিদুন ননাই ঐ হিংজবনি, মহাক লায়রব ঐগি থব্রাইনি।

নিং:— নংগি মুপীসি কোন্সুংদ থবক কাম্নগদব লৈরে, ঐন পুখিব তারে। মমল কয়া লৌনি হনবিরগে ? সগোল কয়া সন ইরোই কয়া মতুং ওইন পাখি হায়য়ু ?

কুম:— য়োনব য়াব পোৎ নচ্চদে আজ্ঞা।

নিং:— অদুদি লেম্ন লৌব তারে, নংন ঐগোন্দ কৈদোব ওন্নি ? নংগুম্ব মীরেম্ন হিংবদ লৈবাকন্দিদ করি কাম্ননি ? নথন্দ শিজকুগেরা, মীবু হাৎহল্লুরাও ?

( শংএক মুপীদ অমুক নিংথৌদ অমুক য়েংদুন লেপই )

অহন:— ননাই ঐবু মুংশিবিরবদি অশোনবসিবু থীন তৌবিন্দু আজ্ঞা।

নিং :— পাম্বোম কুমলাইনাত্র খুনগি অহল লমন্দ শিম্নরম্মু।
১০ নী লৈরগ ঐ মাবু য়েংব লাকনি হায়রম্মু।

কুম: — নিংথম থাগি থম্নাগুম কেম্লবা ইবেম্মা, নং ঐবু রাক্নৌ-
মুকো পাম্মূবী।

পাম:— চৎলু কত্তুন। কপকম্নু য়ৈনিংই।

কুম :— আজ্ঞা ননা সিবু থা অম অনী লৈরগ হনবিরক্কদব
ওইরব্রা নক্রগ চাননা ?

নিং :— চৎলো তানিংদে, নংগুম্ব কুমলাইনান মাবু মচিঞ্জাক্
থাকপ ভংগদ্রাও ?

(দোলাইবেং অমদি লাম্মী ভহাক য়েংলে, তারে নিং-
থোন দোলাইদ কারে, অমুক পুহল্লে রান— পণ্ডিত
অমদি মাইচৌ দোলাই গুদ্রে, অহনবান নিংথৌগি মনাক্র
কপত্তুন চংলি নিংথৌন কয়েম্নরি লক্লরি।)
নুমিং তারে অতৈ পূম্নমক চংথে। পণ্ডিত অমদি
মাইচৌ শোথহৌই রারী শানব।)

পণ্ডিঃ— নিংথৌ খনবসি রাইনহায় 'মাইচৌ মসি তৌহৈব শিন-
ফম নত্তে।

মাইঃ— নিংথৌ খন্দ্রবদি পণ্ডিত, অমুক হেন্ন রানি, মচা মনাইন
ওৎপ নৈবদ মী ওইন হিংব ভম্পোৎ নত্তে। নিংথৌ
খনবস্নু রাই খন্দবস্নু রাই। করমনো ?

পণ্ডিঃ— মণিদো মণিপুরগি করম্ন হুসিগে ? লাকসিগে ? মহ্
ফংদ্রিবমথৈ রাব থাংব তায়।

মাইঃ— মীওৎপ নিংথৌ অঙম এথৌদ লৈব ক্কি মণি শিন্নথোক্লম্ব-সিদি পেন্দেদা লাইমা শিদবা মপু ইবুংঙো।

পণ্ডিঃ— নথৌনা লৈয়ু মাহচৌ, ৱান ভান্দন লৈবাক পুম্বনা নুংঙাইনবা-মাণবু পাক ফংব য়াত্রাও ? ফংখিদ্রেদা মীতৈ নিংথৌ মীতৈ অঙম্ব, মখোয়গি মচা-মশু, মৱী মভা ধারা নালা!

মাইঃ— মানি পণ্ডিত, অয়াম্বন ফত্তে, অফব লাইনিংগৌ কৌব য়াবদি থরতনি। নিংথৌ মচা, মচিন্মনাও নুংশিনদে, মপা মচা নুংশিনদে। হাৎনৈ শুনৈ লান হোনৈ, নোং চিফেৎ চিফেৎ নোজু থাদ তাবগুম।

পণ্ডিঃ— মদু করিগিনো ? লৌম্ন য়াই মুম্নবগুম মণিদু মথন্দ নুংঙাইনব শিজিন্নব পাম্বননি নিংথৌমচা খুদিংমক্ক। মীচম ঐখোয়ন মণিদু পায়রবদদ মীয়াম নুংঙাইমিন্নদৌবনি।

মাইঃ— ঐন গুকইবদি পণ্ডিত, অদুক ফংনদব নুংশিব খঙনদব নিংথৌ মচাশিংদুন মীয়মশিংবু ওৎপদ মখোয়ন খাংলম্মিবদুনি। নিংথৌ মচা অমন লাল হৌনিংলে— মীচম ঐখোয় মশল হংনরে। নিংথৌ মচা অমনা অপাম্ব অম লৈরে, মদু ফংনব খুৎলাইদি মবুক শিৎপা থোংদাই শেৎপ মীপুখাং ঐখোয়গি ইপা ইপুগি পাঙ্গল।

পণ্ডিঃ— লাল্লুপ কাংমদ লৎলগ মীয়ামগ ৱারী শারুসি, মীওৎপ শিংদুন মীপু খাংশিংবু কয়া থীন ইতিহাসকি মতাং মতাংদ শিজিন্নখিব অদুগ মখোয়ন করিগি নিংঙাই তৌখিদব মদুগি হিরমদ ৱারী শারুসি।

মাই:— লাইবক্তু তায়নদুন পংখাংদ থাংলম্ব তায়রে। ঐ থায় নখোয়গি ইবুধৌশিংদু। সন, ইরোই, সগোল মীনাই ফুঙ্গা!

( মীৎন কুপ্পদ ষ্টেজদু নিংথৌগি হয়াওতয়াম লৈকোন ওনখ্রে। )

( লৈকোন্দ নিংথৌ পুক্লিং মকারায় কম্মি, লৈ অম মনম নমডুন, মাইকৈ অমরোমদ প্রেমিকা অম লাকপ ডায়রি, বাঁশি মথোল নেম্ন মুংশিন তায়, মকোক থুম্ব অরোংব পাটমী অমন অহনবী ( থন্না থম্বাল শাবীয় ) পয়রগ নিংথৌ মনাক্ত চংহনখি। অহনবীন মতুংলোমদ লাগ্ন চংবগি শান্মিন ফংবদ খংলব নিংথৌন চোংথোক্লগ দমকা ঙৌই মথরাই কপ্পনব। অহনবীন নোককৎ ঙৌরি। )

নিং:— ( মুম্ন য়েংলগ ) হায়, থম্না থম্বাল। নংদি অথেংব অহিং সিদ কৈদোব লাকইব। ঙসিদি নিংথৌকাব নত্তে থাংজনি। চৎনরোল কায়ফদে লৈমা। করি বা?

অহন:— পূববাশ্রমদ ননাই ঐগি ইপুরোইব ওইজরম্ব কুমলাইনাডুবু অঙাং ওলকনবিগ্রবা?

নিং:— ৎিংবদ মত্তিক চাদ্রব মীরেমদু মথন্ত শিজথিবনি।

অহন:— ভদ্রাদ মাগি অঙাং ঐন পোকচবহুবু মহম চারগ ইনিংথোগি থুডম শিম্নবিরম্ব তায়।

নিং:— ঐহাক মদু নঙোন্দ হোয় হায়খ্রে।

অহন:— লৈবাক মীয়ামদা লাওথোকপিয়ু মদু, ননাই ঐদি ইচিং কতবীনি, নত্রবদি —

নিং ঃ— চৎলো থেংখ্রে, নিংথৌকাবদ ঙাংনসি।

অহনঃ—থাংজ, নোংম্নাইজিং, নিংথৌকাবা ( অমুক হায় )

( অহনবী অমদি নিংথৌনা শারম্ব রাম্বীড় অপান্বীন মীহুৎ-থোঙদ য়েংই লোম্ন। অহিংদ থোইবী কে ন লাকই ফিকক্ক খুমগা হরান লান্নাদ, নিংথৌন ত্বরাম তরাম ওকই— ফম্মগ নত্রগ হঙ্গৎ হন্দ হরা চামিন্নডুন রারী শায়। মথৌদু অহনবীন লেংন্ন থেংই, অপান্বীহু মীহুত্তগি লান্ন উই। নিংথৌন খমাস পোখাসি হায়বগি ইঙ্গৎত— )॥

থোইঃ- নহা মচা নত্রে, সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু। তুংগি ম্নাথোক লাখোক ওইরনবা চাবা লিংবিনু। হুজিক হুজিক্কিদ খনবিন্নু নৈমপু।

নিং ঃ— ইবুধৌ পাখঙবন সাক্ষী ওইবিসনু! নংন অপান্বডু থোক্লব ঐন শাংগে হায়রেদনা। করিনো নংন পাম্মিংববো? সনা লুপারা? লৌ হিঙ্গোল্লা নাই সল্লা? নবুং নৌপ্রা কনাবু মফম চাউহল্লুগে।

থোইঃ—নীংজব থুংহনবিব ইনিংথৌ, ননাই ঐন পোকচবা ইচা নুপাবু হযেং ইনিংথৌগি খুভম শিলহনবিগদ্রা? মডুনি ননাই ঐগি ইমল। স্নাবুদ্ধি তৌবিয়ু।

নিং ঃ— ( ঙহাক খল্লগ ) অডু মঙায়রে থোইবী ঐ ম্নারে।

থোইঃ— অডুদি আজ্ঞা, লাইশং অমদ লেংলগ ম্নাশক্রুরুসি— স্নাথুৎত কচ্চরে ইশাবু।

নিং :— চৎলু ম্নাঙ্গোই সগোল অমদ তোংলগ চৎমিন্নরসি।

( হয়াগুন চৎখিয়খি, মখুৎ শয়তুনা, লোয় য়েংলখিব অনীত্ত মথবায় চাক্প উই, চৎনখি। কুম লাইনানা গোষাই শারগ লুন শেং-চা কোয়ে' ফুরিৎ ময়াং মান্নব তৌরগ হুরান্ লান্নাদ লাকই। লৈচেং অম-অনী খুল্লগ কোন্নংগি মী-হুৎত লংখৎলি, অমুক লোৎলি অমুক লংখৎলগ লোৎপদ অপাম্বী খোদেম্মগ থোয়কই— সিড়ীদৈ কুমথয়কই ইঙ্গিৎ খঙনতুন। )

অপাঃ—( কোয়ন য়েংলগ ) কনানো গোষাই নত্ত্রাও ?

গোঃ— ( কুমলৈনা ) নমস্কার রাণীজী। করি স্না য়াথং ?

অপাঃ— থাইনদি লৈবাক অম থৃত্নয চল্লগ লানঙম্ব কাংবুন লৈবাক্কু মূৎহলনব ঔগ্রী চো'ই হায়। লাও ইমানীস্নু চোংসি, নুপীবু উশিৎতবা, মীনাইগুম সন ইরোইগুম নুপীবু শি-জিন্নব লৈবাকসি মাং-তাকচসনু। ঐ করিমত্তা পাম্মুদ্রে। কিন্নু নখুৎতু কদায়, করিগি নশা নিকই।

[ মখুৎ পায়রগা থাবল চোংই ]

ঙসিন লাইরেন নোংজাদা! লৈবাক মূৎকে মূৎচরো! নিংথৌন শিগে শিজরো! নুপী ঐাগ হিতিকপু, ঙসিগি থাবল নহাক্র, খঙজ উজহৌরে দো॥ )

গুরুজী মাইব শাবস্নু হৈ হায়ব নত্ত্র'ও ? ঙসিদি হক-চাংসি কয়া ঙমদে, হিদাক অমত্ত শোম্বিরন্মু। লাও কো-ন্নংদ চংসিঃ করিমত কিগন্নু, নশা নিকম্নু কংলৈবাক্কি রাণী ঐন হায়রিদনা।

গোঃ— স্না য়াথং হিকত্তোকফদে রাণীজী।

( কোন্নংদ পুশিনখি — অহনবীন গুরু য়েংহৌই — শোল-হৌই — মীতৈ মুপী । )

( লোংভাল্লে, অযুক্তনি, নিংথৌ অমুদি গোষাই বারী খাদুন লাকই )

নিং :— করি করি পাউ তারি গুরু ? যুমলোম্নব য়েক্লবশিং কবো, তেথাও, তংগেল, খাগী খাগ্রং, কনা কনা মীতৈ লৈবাক্ত লান্দানীংব উরি ?

গো :— হুজিকমগি আন্ত, মাঁৈবাক মণিপুরদ লান্দারকদবগি মমিদি কয়া উজদে অনি থৌগি পাম্বোমগি পাঙ্গল খঙদব শরুব নৈবাক উজদে। খুদো থাংদি যুমদ লৈরে আন্তা।

নিং : করম্না ওক করম্না ?

গো :— ডাকপি ন আন্তা ননাইবু। নঙ্গা ইদুংঙোশিং, ননাওশিং মরীমক অকৈস্ত নিংগো ওইনিংববু য়ামখ্রেনে, ম'তক ল খঙ দ লৈতে খঙদে

নিং : ঐগি ইত্তুং শিন্নিবা ঐবাক শিব ভায়ব উমদ্রব য়াম্ন লায়ে ইারকে ? মপাঙ্গল কনখংলকপ নহারোল, ঐবু পাঙ্গল শোল্লে খঙলদুন ইনখুনি লবকো ? তৌবিমল খঙদব থকসি খাসি নাইদব নহাশা ' ঐগি ইত্তুং শিন্দুন লৈবাক মরা তপ্প পানব উমগদ্রাও নখোয়বো ?

গো :— নিংথৌ খুভমসি মিহৌনবদ মরীমত্তা, মপা, মচা, মচিন-নাও অমত্ত মুংশিব খঙনদ্রে আন্তা। তাইবংমীদি তৌবি-মল খঙদে ওইজব ফংনব মতম মতমগি চিরোল তৌ-দুন লেনবন অয় মনি।

নিং :— চহিন পাঙ্গল থর মেয়েং তারকপনে, ইচা ইনাও, নুপী মরী-মতান তৌবিমল থঙদবনে নিংথৌ ওইবসি ভনবু তল্লেনে। ইচা ইনাওন হাৎলগ শিদৌশরুক ঐ লাই নীংলগে, তল্লে ঐ, নিংথৌ খুভমগিদমক শাগৈগি ঈ অরেম্বদ মাংহন্নিংদে। লাওথোকউ পাম্বোম কনা কনানো ঐগি ইজৎত 'নিংথৌ ওইনিংবশিংদু মশক থঙগে।

গো:— নিংথৌ ওইবিন্নিংব নিংথৌ মচাশিং কনা কনা লৈবগে থোকপিরকও —শ্রীযুৎক উনবিরো।

(অহনবী মচা শাব লান্নী নং ১ অমম্লুং হোংবন কাংবু অম ওইরগ লাকই, অপাম্বী মচা শাব সগোল পাউ অমম্লুং চাউব কাংবু অম ওইন লাকই; থোইবী মচা শাব লান্নী নং ২ অমম্লুং থম্ব কাংবু অতোপ্প অম ওই-দুন থোবকই মথং মথং। নিংথৌন ইঙক চক্ক য়েংই ময়ামদুদ মথং মথং।)

নিং :— ঐগি ইহুৎ শিল্লগ নিংথৌ ওইনীংলিবসি নখোয়গী অঙাং-শা? খুম্মু নবুক শেংন।

ওমক:— মানি পাবুং নিংথৌ ওইজনিংলে।

নিং :— পিল্লাওশা হা হা হা...... ঙরাংদ কোকপ ঙখা নখোয়গন নিংথৌ ওইনিংলিববু করি নতিক লৈদুন ওইদৌরিবনো? কনান ইনশিল্লি শেংন তাকউ।

অহন:— আজ্ঞা ননাই ঐন ইন্সিজবনি, ওইহনবিদব য়াদে ননাই ঐন পোকচবসিবু।

লা: ১ — পাবুং ঐ ইশানসু ওইজনিংলে।

নিং :— হায় ককয়োং মানব নংন করম্ম নিংথৌ ওইদৌরিবনো ?

অহন:— ককয়োংন ককয়োং মান্ন পোকপনি আজ্ঞা মপাবুং চেপ্পনব রাদু করি কান্নদগে ?

নিং :— নক্কে, ঐন হায়বনি থম্না থম্বাল, মীতৈগি সিংহাসন্দ কাগে হায়রবদি ঈগি ভুমেল লাল্লগা কাব তাবনি। তমথী- রব ভুরেলগি ঈচেলডুদ হিরোই কয়ান নংগি লুকাই হিদু হোনদোরিবনো ?

লাম্মীঃ—মডুগিদি রাপোং নক্কে পাবুং, ঐগি সেনাপতি ওইদৌ- রিব হিরোই হঞ্জবদু নিপাসিনি।

( হোংবন থাং হায়, তা খৌশায়, নিংথৌদ চোংশিল্লগ থিনগে তৌই— নিংথৌ থংম হন্দোকই শাওই )

নিং :— কয়া থংগ্রবনো ! শক্ক মক্ক হংকোক মানবনে। হায় নখোয় অতৈ নিংথৌ ওইনিংব লৈরিত্রা ?

সগোন:—পাবুং, ননাই ঐস্থ নিংথৌ অমুক্তদি ওইজনীংই, নিং- থৌমচা ওইন পোক্লবনিন—

নিং :— শক নংবু নিংথৌগি মচারনে, ময়াং অনাবদি হেক মাল্লদুন ॥

অপা:— রাশি লৈব ইচানি আজ্ঞা, মাইবী পাঞ্জিন ময়াই ফন্মু হায়ব লৈ হায়ন ফাওরিবপোংনি। ঐগি ইচাবু ইকাইব পীবিরবদি আজ্ঞা ! লৈবাক কাং-খোং চায়নি। স্না বুদ্ধি তৌবিয়ু ।

নিং :— রানী নংগি নচাসিবু নিংথৌগিদি ঈনিকো, মাগি মীচংদ লেপ্পীগদব অকন অথৌ কযা য়াম্ন লৈরবগে কুরুক্ষেত্রগি লান্দ য়াম্ননবা।

সগোনঃ—থাংশূব, তা পায়ব ঙম্মব মীতৈ মখৈ ননাই ঐগি লান্মী ঙাক্তুনি। সেনাপতিন—ত্নু—

চাউঃ— নহাদে চাকয়াম চাদুনা চাউবদে, মজাইবুংঙো য়াইমগি মনাইদে।

(চেং ফংদুন তা খৌশাই, হোক লৈরগ তান মথেংঙদ শোক্তন অয়েইম লাগই। মদা ইং ঙান থি বেং-পিন্নগ। দাক তোংব. গোম্ব ইং মম্ভ শোনবি)

নিং :— অতৈ লৈত্রবাও নি গো ওইনিংব নি গৌমচ?

থোইঃ— ননাই ঐদি অহৌঙ হায়ঙ্ঘিবদুনি, 'নংথৌ ওইহনবিদব য়াদে হাংদুন— ননাই ঐদ থাবোংদোবজাংহনি।
(অহনবী + অপান্বী ম ম্নন খেংদেমই) ইকাই খৌবনবু মহানে, স্নাজাউব নংবু নপাবুংদ হঙ্গংলো।

লা ২°—ঐগি পাদুংবু কননো? ঙন্নাং অহিং লাল্লম্ব অদুদি য়াওস্ন যাওদন—

থোইঃ—মীতৈ লৈবাক্নী মপুসি নংপাদনে, ঙবাং লাল্লম্ব অদুদি নংগি মাম মাইব শাবদুনে॥

লা ২ঃ—ননাই ঐসে পবুংগি নচা ওইবিরবদি পাবুংন নিংথৌ তাংবল থাদোকপিনিংলবদি ননাই ফমজফোগে।

থোই:—ওইহনবিদব য়াদবজাৎনি, সুকয়া য়াদবজাৎনি।

[ সুপী অনীডুন থৌদেমই ]

নিং:— সুরাইদ চংশিল্লকউ নশক্ক যেংগে।

( থর চংশিংদি, নিংথৌন যেংই মশা পুম্ব, ময়াদ অমুক মথক পৈডুন )

নংগি অকল অথৌ নত্তে পাংগদবশিংদি কয়া য়াম্ন লৈজরে? মসিমদি থর ঐ মানব তায়।

লা ২:— লাম্মী শিশিং কশা ঐগি মংথৌবসিগি মথাদ লৈ পানুং। ঐথোযগি ইমা ইচাদি লানচাক খাংলগ লাক্লবনে, থাংগপাৎ মানদ থুৎলাই পায়ব লাম্মী য়াম্ন লৈহৌরপোৎনি।

[ মমান খুজিন শিকই ]

নিং:— কবয়ে গুরুজী কনাদ সিংহাসন শিন্নরমসিগে?

[ লোন্ন তানৈ ] ঐন পাম্বদি অঙাংসি পাম্মি, ঐস্ব থর মাল্লি।

গো:— অঙাং ওইমললি ঈনিংথৌ, ননাই ঐদি স্নায়াইমসি পাম্মি। অদুগ অহয় ওইভমদি থোকপন—

নিং:— কায়দে গোযাই, ইচাশা, সিংহাসন পংদোক্লগ বন্দ লাইনিংব চল্রিবৈঙদ ঐ য়াথল অমুক্ত তৌথিগে। নবুক ইংন হুম্নিদং ঙায়খো। চৎলো চৎলো। [ কনাস্ব চৎতে ] লাই থুরুম্মুসি গুরুজী। [ চৎমিয়খি ]

ময়াম:—য়ৈথোকপ পামদে, ঙসিমক নিংথৌ ওইরগে হংল্লে হাল্লো

অঙম্বন নিংথৌ। আঃ আঃ হাৎলে হাৎলে। লৈবাক কায়রে! অয়ো ইমা! শিরে শিরে।

( হাৎনৈ শুনৈ লাংনৈ গ্রোংগ্রা' পোৎচৈ চায়থায়নৈ লা'নৈ )

[ অহিং ওইরে ষ্টেজদু মঙাল খিৎতন উহল্লি। পণ্ডিতন উচান নৈরা ৩ম পাম, মাইচৌন কোর্ব্বেক অম পায় বায়ী শারগ থোরকই। ]

মাইঃ— মুংঙাইগ্রপোৎনি মীতৈ লৈবাককি মীহৌরোল মতিক চাদব থৎয়াম্ম মণি শায়রে, য়াই মুন্নরে, করামচাউব নিংথৌমচ অঙম অথৌ খরগিদমক লৈবাক প্রজা য়ানরে।

পণ্ডিঃ— মীয়াম প্রজাগিস্থ, অঙম অথৌ নিংথৌগিস্ম মুঙাই য়াইফনব শিজিন্নব যাব য়াইদো–মণিদো. পৃন্নমক্তি য়ানব মাংনতারুব শিজিন্নরে। মসিদৈ হেন্ন কপ্পংব য়াফম অতৈ করি লৈগদগে? বিজ্ঞান্ন তাইবংমীগি কান্নরব থুৎলাই কথা শাই, থুৎলাইদু শিজিন্নব হৈতব মীন মশা মাংনব শিজিন্নগ্রবদি কয়াদ অরাব ওইগবনো? মথা চথসি মাইচৌ, নিংথৌমচাশিংন মণিদু শিজিন্নব হৈতদুন অরেম্ব তারিব্রা—মীচম প্রজান শিজিন্নরগদি মণিদু তাইবংমীগি য়াইফনব য়াই ওইব য়াত্রা য়েংসি।

মাইঃ— ফরে, পণ্ডিত শাংথদুন কান্নদে। মণিপুরগি রাজনীতিগি লোবুক্ত ইংরেজশিংন করম্ম থুৎ থিংজিনখিব করম্ম মথোয়ন মণিপুরগি মণিদু পায়খিব অদুদগি কমদৌন মীয়ামদ পীথোক্লম্ব হায়বদু য়েংথসি। (থোকমিন্নখি)

(মুংথিল শুইরে, সৈন্য অভানব মগুালম ভাওরে।
নিংথৌশাবন নিংথৌ অমসুং অহল পুম্ন শুম্ন প্াথোম্ন মীতৈ-
গি অথৌব শারগ থোরকই।)

নিং :— হুজিক খুরক্কি ঈন লাই শাৰ হায়বদু তৌগ্রে মতিক লৈব কম্পানীগি সাহেবশিংদ ব্রাকৎলুরে ঐথোয়বু কিহুন মথরাই নিরগ চেনথিবদুন মীচং ক্ংলখদুদ শানোংরগুম্ মিরজাফরগুম মরৈবাক মুংনব লানশিংলরে।

পামঃ— য়াম্মুং, ঐথোয়ন চজিক্কি ঈরি খাক্লু বদৈনি, মহাদেবগি মগুক্ত যেৎপ লীহুলান গরুড উবদ মমীৎ খত্তুন লক্কব-গুম্বনি। মলেস মচা অম লাকই হায়বদু কৌশিল্লগ ৱারী শারসি ইপু মেজোর। মনীং তম্ব লৈবাক্কি নিংথৌ সেনা-পতিন করিগি মৈর্ববাকমচাবু পংকি কিভম থোকপগে?

নিং :— মদুনি ইশ্বসিদি শিব কিদব মরৈবাক নীংব অথৌবন য়েক্লব কনাবু কিভম থোকংগে? চংহল্লকউ হায় কনা লৈ— ইংরেজ খর লাকই হায়বদু?

[ সাহেব শাব অম লাকই ]

সাহেবঃ—গুড মোর্নিং রাজা সাহেব, গুড মোর্নিং অথৌব। (খুৎ শোক্লে) ঐন লাকপগি মরমদি মণিপুরগি নিংথৌ ওই-ভম থোকপবু তাত্মাকপিবগিনি, অচুম্ব পাম্ব ধর্ম্ম লৈব ইংরেজ কম্পানীন অৱানব মীবু কব পাম্মি, অচুম্ব নিংথৌ মচাবু নিংথৌ থুভম হজিনহনব পাম্মি — মদু হায়বিবু

লাকপনি। হৃজিক কম্পানীগ য়েংশীনবদি অন্নাব ভাগেদনি।

পামঃ— নিংশৌ মচা মশেল খংনজবদ কম্পানীগি মথৌ লৈতে, ঐথোয় কম্পানীগি মখাপোনব লৈবাক্কি নিংথৌ, সেনা-পতি নত্তে। ঐখোয়না তৌখিব পুম্ব ধর্ম্মনি, অচুম্বনি।

নিং ঃ— সাহেব, মরাল লৈব মী নত্তে নখোয়না পাম্মিবদো, ঐ-খোয়গি লৈবাক্কি অচুম অরাল, অফ-ফত্ত, ঐখোয়না খণ্ডি নখোয়ন খওঙোই।

সাহেঃ— কম্পানীগ য়ে থীনব অশিংব ওইরোই, মতমসি অকনবন চুশ্মি হায়ব খণ্ড। তাম্বোকপ্রব অচুম্ব নি থৌ মচাবু মকম হজ্জিলহল্লু, মাবু তাম্বোক্লকপ মরাল লৈব নিপাদু কম্প নীদ রার*রম্মব পীথোকখো।

পামঃ— সাহেব নং ঐখোয়বু উশিত্তব্রাও? নংগি পাউতাক পামদে —নখ্রাই মাংনিংদ্রবদি চৎখ্রো চৎলু।

সাহেঃ—ঐঙোন্দ শাওব অরেম্বনি, ঐদি নগোয়গি রাজ সরকারগ ফনব হায়বতনি। গুড বায়! (চৎখি)

পাউ ১ঃ—আজ্ঞা—সাহেব থর সিপাহি থর লাকপদু লান হৌরক্লে।

নিং ঃ— লান লাক্লে হায়ম্বে— লাল!!

পামঃ— হাৎলু তুম্বব হাত্তোকউ।

[সাহেবদুবু ফাত্তুন পুরক্লে লাম্মী অনীন]

লাম্মীঃ—প্রজা মীয়াম্নদি সাহেবশিংগি ঈ পাম্মি।

পামঃ— ইপু, শংলিংবদ—

নিং ঃ— চৎলু শংলিংবদ পীথোকউ।

( মমলে, ষ্টেজ খিত্তমক ঙাল্লে। পণ্ডিতন মৈরা পায়, মাই-চৌন তুং ইল্লগ ষ্টেজ লাছোকখি মারী খিক্তং শারগ )।

মাইঃ— মৈরিক অমদগি মৈজাও হৌখি। শাওরবন মতিক মপা চাব চাদব য়েংনদ্রে। মরৈবাক নীংব প্রজা কয়া কয়া লৈবাক্কি নীংথা তম্ব ঙাক্লব মংবাই কৎখি।

পণ্ডিঃ— কয়াদ পাম্মুখ্রব থবাইশিংনো। লাম্বা চাব চাদব থিগৎ-লুব ঙমদব মীচম প্রজা কয়া নিংথৌমচা মশেল থবন য়েংথৌনবদৈ থবাই মাংখ্রিবা। মণিদো কান্নবব শিজিন্ন-দবন প্রজা ময়াম অরাব ঙাখিবনি।

মাইঃ— নিংথৌমচান পায়রগ মাংনব ওইব মণিদু প্রজা ময়াম্ম পায়দুন য়েংব ঙায়। মথংদ অচৌব লান, নীংথা তম্বগি লান্দ নরমেধ যজ্ঞ!

( মন্নিব ষ্টেজদ খোংজোম লান জগোই। থবাই কয়া অরেম্বদ মাংব কপনব লাওনব। )

( নোংঙাল্লে— ষ্টেজ পূমঙাল— সাহেব অমদি মেম ( অহনবী ) লৈবাক ঙাক্লি। সিপাহী ২ ন ঙাক্লি পেন্নরি। রাজনীতি দল টুপী অঙোব ( অঙাংব উপ্পশিংন আন্দোলন তৌরক্লে— স্বরাজ পীয়ু স্বাধীন্তা পীয়ু, লাওবরে। সিপাহি-শিংগ ইন্নরে— লাওনরে কাপ্পরে— মী শোক্লে শিনরে মমৈদ সাহেবন স্বাধীন্তা পীরম্মে। মীয়াম লাওরে—

প্রজারাজগি— জৈ!! মীথল। মীয়ামগি—মীহৎ থেনগ-দবনি। মতিকচাব নিপাদ, — ভোট পীবিয়ু )।

লাংব লোইখ্রে—অহিং ওইরে!

পণ্ডিঃ— প্রজারাজ থুংলবে, মীচমদ মণি পায়রে।

মৈরাঙ্গঃ— অদুদ পণ্ডিত, ইলেক্সন্দ্র কারিব মীশকশিংংসি মীচম্বু ইয়াও ষ্মাওজেনথায়। ময়ল নৈব অণ্ডম অথোৈগি মীহুৎ গুাক্ক এইন তৌরি। খণ্ডদ্রে করি থোক্লগবা।

পণ্ডিঃ— থৱদি করবনি মাৰচৌ। মীচম প্রজান জ্ঞান ভারবদি মণিদ্র কুইরোই মথুত্তা ভারকপ। য়েংথিব হায়বদুনি।

—:(★):—

# মণি খিব

( দরখাস্ত )

অমীশুব মতাং ।

লীলা ফম্বাক

—। টেগ খোঙ ।—

খা পোক — বাঙ্গলা

খুঙ্গং ←——লম্বী——→ সহর

পাং, খোংবাল

★ ফম্বব ফাল নত্রগ চৌকি

— ফক

{ অপাম্ব মতুং ইম্ন লৈত্তেং, গম্না, মেজ থানব, ডিরেক্তরন পাম্ব
মতুং ইম্ন শৈজ শেমদোকপ য়াই মুংঙাইনব

১ব উৎপদ লোৱী শিল্পীগি অৱাব পুল্জি

( লৌ উব. লখী শেৰ, ঙা কাব, উ য়ানব, কাৰখানাদ থবক অৱাব অমোংপ মোৰ। সমাজগি অনেৰ থাক্ত লৈব মীওইশিংগি মতৌ মওং মায় শয় হোংষ, চাউব, থষ ১দি মুপীন উৎপ। ইশৈ, জগোই মজাং চান— ৰাৰী অমদি অৱাই অখুমগি কাৰক্ত হাপচিনব য়াই, যুৎ চাৰবদি কজৰবদি

পা। অনীথক্ত লখী শেৰ য়াওই, ঈশিং চাম্ব, শীঙ হোল্লি, ভকিং ভকিং নত্ৰগ তপ্ল ৰাখল তৌন তৌন। পা অমন লৌ খোই, থাওই, শীঙ য়াল্লি, উ হোল্লি নত্ৰগ ঈশিংলি। পী-তুন চক্ৰীদ ৰাই খপই, ইন চিংই, লোং খোল্লি. নত্ৰগ লৌ থাওব য়াওই, অঙাং পোন পোন থবক ৱান নোৰ উই, অচাপোৎ পুথোক্লগ পোথাতুন চামিন্নৈ, ইশৈ শুংমিন্নৈ ঙহাক পোথাবদ হৱাওমিন্নৈ ৰাৰী শাণ্নৈ।

লখী শেৰ য়াওব পা ১, ২ন নুং হোল্লি, নুং থুগাই. নুং থায়, ঈশিং চায়........ নত্ৰগ কুলী শাতুন থেলা গাড়ী ইন-মিন্নৈ, পোৎ হোনমিন্নৈ, ৰাৰী শায় —থৎনৈ মত্তেক অম শাওনৈ ঙহাক, অমুক চান্নৈ, ফাক ফাক নোকমিন্নৈ,— ৱাখল খন্থমিন্নৈ।)

পা ১ঃ—পূম্ব শূমিন্নতুন শেল তানমিন্নৱবদি তাৎ তৌনগুমসে, থৱাই খুবাক্ত হাপ্তুন শূমিন্নসে।

পা ২ঃ— নংলা ঐৱা হেন্ন থৱ'ই য়াওন থবক শূৰিবসে? নংবু থৱাই কয়া পানব মীনো?

পা ১ঃ—থৱাই ৫ পঞ্চ প্ৰাণ য়াওন শূৰিবনে ঐদি।

পা ২ঃ—ঐবু থৱাই অহুমদন শূৱৱাও? অনী অমদি কদায়

তাহৌরে? নং খুল লাকপ্রাও? থব্লাইবু য়া অহাপ্প-গুম্বরাও? ঙাইখো, মীশি থওাইসি ৫শুন পাল্লি—ডাক্তর কনা উরুরে হায়বগে?

পা ১ঃ—লাইরিক্ত য়াওব য়াশি। অশিংব মীন লেংব লাইরিক

পা ২ঃ—মীন হায়রগ হেক্ত থাজরিববু নংবু মী নত্রাও?

পা ১ঃ—ঐস্থ নংগুম্ব মী অমনে।

পা ২ঃ—ঐগুম্ব মী ওইরবদি থাজরুম্নু মতাং য়াম্ন হৈবনি। ইলেক্সন মমা দ মী কয়ান ঙাংলম্ব রা। মত্তুংদ কম-দৌখি? লুহোংদ্রিবৈদ প্রেমীক প্রেমীকান থাজনখিব রাশিংতু থুম্পাক অম চাম্মিন্নব লোইদ্রিবৈদ ওইদব ঙাং কয়া য়াওরম্মি সন্সস ডিপার্টমেন্টতা হংলু।

পা ১ঃ—নখোয় ঐখোয়ন চৌকি ক্ষম্ব থবক তোগে হায়দ্রিবসি করিগিনো?

পা ২ঃ—ক্ষম্ব তল্লি হকচাং কত্তে হায়দুন তৌবনি।

পা ১ঃ— চাক লাম্নেনে, ঠিকাদারন পীব শেলন চেং রাল্লগ চাবসি মখোয়গি থবক হেক শূব লেপ্লগ অমুক হেক্ত লাম্ব-সিবু করিননো?

পা ২ঃ—থবক শূব লেপ্তুনব ওইরমানে। রা ঙাংবসিস্থ চাক ময়েং তায়নহায়, রা ঙাংবদ চাক্ষ ময়েং তাখিবগি মেন-থং.ব চেংদি ইঞ্জিনীয়ারদৈ তাস্ত্রা?

পা ১ঃ—ওভর্সিয়ার লারুগ হংসি। লাও পোৎ হোনসি থেল্লা গাড়ী ইনমিন্নসি, লম্বীদ থবক শূব ইজ্জৎ মাংই।

পা ২ঃ—লম্বীদ পোৎলুম ঙ্কোনবদি ম্নুপী অঙাংন উথিরোইরাও ?

পা ১ঃ—ইপোৎ ওইরবোই নীংজুন ইকাই খুম্নথিব য়াই !

পা ২ঃ—নিপা অমনিন করিগুম্বা মতমদ নখোয় ঐখোয়স্তু য়ুম অমমমকা পাল্লকথিনিকো ?

পা ১ঃ—অমমম তোঙাম্ন পান্দোশরুক, য়ুম অমদ ইমানীমক পুম্ন পাল্লবদি ? নংস্তু পা ঐস্তু পা।

পা ২ঃ—অমত্তুনি, ঐস্তু মী নংস্তু মী; ঐস্তু নং, নংস্তু ঐ। ইমানীন মুংশিনদ্রিবসিবু করিগিনো ? নংবু মন্ত্রীরাও ? বাবুরাও ? অঙম্বরাও ?

পা ১ঃ—নহা ওইরিবগুদ লুন তিম্নরম্ব মরূপ-মপাংশিংদু মযুম মযুম হেক পাম্নথিবদ তোঙান তোঙান— অমত্তরোল, সাম্যবাদ মাম্নরোল হেক্ক থুগাইনব।

পা ২ঃ—হিগাইরা শাম্নমিবসি পী মথৈননি, ঐখোয়বু মথোয়ন সন লোইবদোন লোইব পাম্মি।

পা ১ঃ— হেক্ক চোকথরকইব, চাক হেক্ক লাম্মিবসিবু বৈনো ?

[ রারী শারগ সহরলোমদ চৎমিন্নখি ]

ইশৈ ঙংজুন লোমী পা ৩ থোরকই লো থাওই, য়ৈ, পৈ-থৎলি কৌ ময়াম— জগোই শায় হয়াওবনা।

মুপীচা তুঙ্গোল মথ্যাংদ য়েপ য়েন্দাইরা করিনো অম লোং শাজুন পুরক্লগ লোং থোল্লি। হান্ন থারম্ব ইল ভাবনা শোল্লি— তুঙ্গোন্ন ঙা হাপচিল্লি. ঙা অচাবম্নু তাম্নজুন কাই —ইশৈ শক নন্নগ জথোই শাব মক্তোম্নু উই। লোমীন তাকজুন য়েংলৈ, ঙা নীরৈ।

পা ৩ঃ—ঙা অঙৌব ফিদ্রিং ফিদ্রিং চোংইবজাৎসি উবদ হেক্ত কল্লক মিহোৌদব ঙমদে। লাইতংমুক্ত নীহোৌগে হায়ববু ব্লানদি ফাব্বিবনি—

পীচাঃ— কৈদৌনব ওইবিব্রবনে৷ ?

পা ৩ঃ—চানবনি, ঙাসি হাওই।

পীচাঃ— ওরুব লৌবিব য়ানি, লোইনমক পাম্বিব্রবসু—

পা ৩ঃ—শেলন লৈজগদব নক্তে, নীজব্বিবনি।

পীচাঃ— লৈবিগদব নক্তে, লেমন পীজব্রমগে, ঐবুসু য়াওন পী-থোকচগে ?

পা ৩ঃ—অদুদি অমত্ত ওইবগি ভাবনিনে— অমত্তরোল।

পীচাঃ— ঙা ঙাক্ত চাবদি চাক য়াওদন—

পা ৩ঃ—চাক ওনব য়াব ফৌ হোনমিম্নসে— ঐ লৌমীনে ?

পীচ ঃ— চাক্তি খর যাম্ন চায় হায়ববু ফোক্না হোনবদি কনঞ্জব-পোৎনি— ইশা ফবনিন।

( জগোই হৗশ য়াওন নত্রগ য়াওদন ফৌ থাওমিন্নে, য়ৈ-মিন্নে— পৌশন্নি— হোন্নি ·· )

পা ৩ঃ—মুপী হায়বসি য়েংব মু ঙাই, নিপাগি মত্তেংসু য়াম্ন থব্বাই থ্রাওন পাংই— য়াম্ন কাম্ন’জাংনি।

পী ঃ—ইবুক থলহনব ঙম্ব, ঐবু লুন ভৌবিব নিপাদুদি মুপী ঐন লাৎকদব ল্যাইনি। ম্না অমত্ত হায়জগে হায়ববু ব্লারৌবজাৎল ?

পা ৩ঃ—তাম্না কোকিলন থোংবদৈ হেন্ন সুংশিব নয়োলড়ু তাবদ ঐন করি ৱায়ৌভম থোকপগে শুমহৎপ গুম্বী।

পী ঃ—অদুদি তাঙ্গা কংলিডৈদ—ইকাই ইকি থাদোক্কুন হায়-হৌরগে ?

পা ৩ঃ—থৌরাংন ভায়ঙ্করী দেবী।

পী ঃ—ফৌ ময়ামসিগি মবুংঙো। ননাওন থাজরিব দরখাস্তুদিঃ চাথুম অমত্তদ চাকসু ভাস্থ থোংলগ পূন্ন চামিন্নরসে অসি থক্কুনি। [ থুকউ লৈতান হায়জে ]

পা ৩ঃ—নংগি দরখাস্তুগি পাউথুম করি হায়ন পীনি।

[ রাখল ভৌই ]

পী ঃ—ইকাইশল্লক্লে থর থুন তাকপিরো ?

পা ৩ঃ—ফৌ চেং—ঐগি ইয়ল পূম্নমক ঐবুস্থ য়াওন নংগি ওইৎিবো দেবী—মীৎকুপ অসিদগি নপুন্সি লৈরিব কাওব—।

( সুপীচা হয়াওবন জগোই শায়, নত্রগা ইশৈ শকই—চোংই কে নোকই ···· )

পা ১, পা ২ টাউনগি ফিজেৎ অবাংব তুরাংব থিংঙং হোংলগ বাবু শাড়ুন জ্ঞানতাব লাইরিক হৈব অতনব শাড়ুন থোরকই—।

পা ১ঃ—ঐন কাক্ষম থোকপ ক্ষম মীঙোন্দ কাহনথিব, ইগান অচুম্ব থবক তৌরুবগি ট্রান্সফর—অরাগ্ন মকমদ, ইনাওন

থ্বাইদৈ মতিক চাব কেন্দিদেট ৈপবাক্ল খঙনব্বব অহ্বু-পবক হাপখিবন মীঙোন্দ অসিনচিংব

পা ২ঃ—হুইন নোম্মগ ওক্ল মনা থাব হায়ব পাউরোসি কত্তব জাৎনি; মসিননি 'মীঙোন্দ" ময়াম শেম্মিব—ওইজ ওইথক, কান্নব অতো'ব, মাইপাকপ "মীঙোন্দ" ঙাক্ত থুংগ্নিব। "মীঙোন্দ" হায়ব ওকসিবু হাৎত্রিবমথৈ'দি সাম্যবাদ, মান্নরোল হায়বদু হিংগদব লৈত্রে। পুকচেল চাউরব মী কয়ান অমত্তরোল, মান্নরোল, মীয়াম ঙাকলোন ফজব্বব ওইনব্বব মনামশিং কয়া থারম্মি, থানরি। মনা ময়োল চোংখৎপদ ঙায়রিবত্ত ওক্ল পৎ পৎ থৎলগ চাথোকইবা। দোন্ট থ্রো পারলস বিফোর স্বাইন মুক্তাবু ওক্ল মশক খঙব হৌনব্রাও ?

পা ১ঃ—মুক্তানি লায়ন্নত্তুন নোং তাব ৱাৎপদৈ চাক ৱাৎতোরি কুমশি—, কমদৌসিগে—?

পা ২ঃ—ফৌ লৈব মক্মদৈ য়েন্নরগ চাব তায় সাম্যবাদ মান্নরোল, চাক চাদব য়াদবঙাক্লি ঐস্থু নংস্থ মাস্থ—।

পা ঃ—লৌউব য়াওদব কেরানী বাবু, ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, আফিসার, পুলিশ, লাম্মী ঐথোয়বু লৌ-মীন চাক পীজনীংগদ্রাও ?

পা ২ঃ—চাদব য়াদে — চামিন্নব তায়—। মান মাল ঙন্ন হৈব মথৌ তৌনব ঙাক্লি—। মথৌবু নিংথিন তৌবশিংদি চাক চাব তাবনি, পীজদব য়াদে—।

পা ১ঃ—কনাগি কৌনো য়াম্ন পৈরেদা —!

পা ৩ঃ—কৌওইবী লাইরেম্মসিগিনি ।

পা ২ঃ—কৈদৌনবনো স্নুক য়াম্ন পৈরিবগিবো ?

পী ঃ—চানবনে ইবুংঙো—, কৌদৈ—চেং, চেংদৈ চাক; ঐখোয়দি চাক চায়য়ে ।

পা ১ঃ—চাকপুদি ঐখোয়স্ম চায়নে ।

পা ২ঃ—ঐখোয়ন চাব চাক্কু ওম্বোকপ য়াদৌব ওইরবদি থর হোনখিসিনে ।

পা ১ঃ—হোন্দব য়াদে, চাক তাংলবনে ।

মফি ভাথৎ, বোরা হৌন্দৌবৈ লাক্লরি অনীচ্ছ । পা ৩ অমদি পীন ঙক্ল য়েংলম্বদৈ—

পা ৩ঃ—মপু তক্কন পুদৌবৈ লাক্লরিবত্তুবু — করিনো ?

পা ২ঃ—করিনো অচাপোৎ চাদব য়াদববু মপু নাইনব—হৌনব্রাও ? চাদব য়াদবনে — চাক্তি ?

পা ৩ঃ—ব্রান উব লৌদগি থোকপ ফোনে, লৌউনীংদব মীদি চাক নত্তব অতৈ চাবিও ।

পা ১ঃ—মপুবু কনানো ?

পী —ঐনে. মপুদে ।

পা ১ঃ—চাক চাব মীন চাক চাগে হায়বদ ইমেম্মনা য়াবিদ্রিববু করিগিনো ?

পা ২ঃ—ইবেম্মবু ফি, রোল লিক কোল লৈতেং পাম্বিদ্রাও ? জীপ কার তোংবিনীংদ্রাও ? স্কুটরগি মনীংদ নপ্পি-নীংদ্রাও ? শম্লাং রাই রাই থাদোক, মুগা ইন্নফিন ক্রে ক্রে মুংশিৎত মরোল লোন্দুন

পী :—অদোমখোয়বু কনা কনানে। ?

পা ১ঃ—নিপা ডাক্তনে, মাগুম্ব ( পা ৩ দ )—

পা ২ঃ—পা হায়দুবু ডাক্তর, ইঞ্জিনীয়ার, উকীল, ওজা, দোকান্দার, বাবু ভায়া ডাক্তে— দলালদ লৈব পাম্বিদ্রাও ? কার তোংবিনী দ্রাও, সনা লুপা ফিগে পাম্বিদ্রাও ?

পী :—পাম্মে।

পা ২ঃ—অদুদি ফোগ কার দলাল লিক কোলগ, পুম্ন লৈমিম্নবদ করি কায়বগে ?

পী :—ঐ অমুক্ত হংজখিগে— ঐগি নিপাসিদ। য়েংওই নিপা, খর মুংঙাইন পুন্সিসি লেন্সি হায়ববু করি হায়বগে ?

পা ৩ঃ—ঐগিদি নংন য়ারগ লোইরে।

পী :—পুম্ন লৈমিম্নব হাযববু করম করম হায়ন পান্দোরিব য়ুম্বাম্নো ? খংনরকপা চৈনরকপ জাৎলাও ?

পা ১ঃ—ঐখোয় খৎনব হৈব মী নত্তে চাম্নব হৈবজাৎনি মুং-ঙাইন পানব পাম্ব মীশক ডাক্তনি।

পী :—ঐগিদি নিপাসে ( ৩ দ ) খাদোক্লব য়াদব থরাইগুম্বনে।

পা ২ঃ—থাদোক্লদোব নত্তে, পূনশিনব— ইমানীম্ভ য়াওন অমত্ত ওইর্বাগ রানি অমত্তরোল।

পা ১ঃ—লম্বীসি কার জীপ চৎপ য়ানব ইঞ্জিনীয়ারবু শেমহনগনি, দলাল শহনগনি ঐখোয়ন লৈনব, অনা অয়েক তৌরগ লাইয়েংনব ডক্তরনি ঐ, কঞ্জ কজরব পোৎ ফিরোল- সনা মণি মুক্তা য়োনব দোকান্দারনি মহাক।

পী :—আক্বিত্ত কাব মকম চাউব সেক্রেটারীগদি য়াওক্রাও ?

পা ২ঃ—ঐহাক সেক্রেটারীনি, দোকানশিংহুদি মীবু কমহনবনি।

পা ১ঃ—মরূপ ( পা ৩ দ ), ঐখোয় অহুম পুম্ন মুপীসি লৌহুন য়ুম পা-মিয়রবদি পুকচেল পিক্লব য়াদে। সাম্যবাদ হা'য়বদি মাময়োল ঙাক্ল চৎনগদবনি। থবক তম্নব লৈথোক্লব য়াদে।

পা ৩ঃ—ঐদি থবক লৈথোকপ হৈব মী নত্তে, মী কয়ান চানব লৌ উয়িব পুকচেল চাউব নিপ'নি।

পা ১ঃ—গুদ, অহুদি পোৎচৈ কৌ চেংশিংসি য়ুমদ হোঞ্জিল্লগ টাউন্দ চৎলুসি নতিকচাব ফিরোল লৈরুসি, থবক অম থিরগ নম্বু আফিস কাও।

পা ৩ঃ—ঐবু বাবু ওইব য়াগত্রাও ? ঐদি লৌমীনি।

পা ১ঃ—লৌ শূদব অশংব মতমদ তৌব য়াব থবক থিরুসি।

( মখোয় ৪ ভু পোৎ লোইশিনমিন্নে লাইর থাংপোক। গুহাক পোথানৈ বাহুন )

পা ২ঃ—মতম মাংহন্দু কান্নদে য়ুম্বান ফগৎনব টাউন্দ চৎসি থবক তৌরুসি, ওহজ ওইথক থিরুসি।

পী :—ঐদি ?

পা ২:—নংন য়ুম শংব, য়ুম পুব চান থক্লব থোংব থাকপ—

( অহুমত্তু চংথি, পীন তওক তওক লৈহৌই মখুৎ থাজৎ মঙ্গল পী। থর চৎলগ পা ২ না লৈহৌনীংহুন )

ঐদি গুসি হকচাংসি কয়া মুঙাইতে, ছুটিগি চেসি নখোয় আফিস্ত থর পীয়ম্মু।

পা ১ঃ—চানব থব্লব শিল লাংলম্মু ভন্দুন লৈথোকপদি য়াদেকো।

পা ২ঃ—ঐহাক সাম্যবাদ পাস্ম নপানি, ঐহাক সমাজন পামদব অরেম্ম পোৎলুম থক ওইরোই।

[ লৈহৌই, অনীহু চৎখি ]

পী ঃ—কৈদৌরে আফিস কাদ্রবদি?

পা ২ঃ—নংবু মুংশিবগি পোৎলুম্ম লুম্মনখিবন ইথোঙ থাংব য়ারে দেবী, ঙসিদি ননাক্তগি হেন্দোকপ ঙম্মরোই।

পী ঃ—অনী্ন তাগ্রগ উগ্রগ করি হায়দগে? শীঙ থায়রো চাক থোঙ্গৎলগে ঐ।

পা ২ঃ—ঙহাক্তদি ঙাইথো শকনৌবী, ইমীৎসিবু পেম্ম অমুক্ত য়েংহনখিগে।

( পা ১ পরপ পরপ হল্লকলগ )

পা ১ঃ—করিনো তৌরিবদুবো? কাম্নব থবক্তি তৌগে হায়দন য়ারেম্ম লৈবাকি পোথোক হেঙ্গৎকদ্রাও? মী খুদিংমক মাগি মাগি মথৌ চপ চান তৌনব পাম্মি।

পা ২ঃ—ৎকচাং ঙমদতুন ঙহাক্তং পোথারম্মি— করিনো শীঙ থায়ব য়াগ্রে।

পা ১ঃ—চাক লোইরব্রা ঐ চাক চায়গে মুপী?

পী ঃ—করিনো শীঙন শীঙ চাক্তবনে, অঙাংন নিংঙাই ফত্তবনে চফু শীব ঙমদ্রে ঙহাক লৈতন কৌবদা।

পা ১ঃ—হায় অঙাং নিংঙাই ফত্তব, হোৎগল্ল রা হায়গে।

পা ২ঃ—করিনো, হকচাং ঙমদে হায়রগ থাজদমানে [ ভম্ন হৌ-গংলি ] —সাম্যবাদ পায়রদি থাজনব তাবনে।

পা ১ঃ—উম, থাজনগদবনি। নিপা অমত্তু মীয়াম মরক্ত মাং-হৌরে, পরপ পরপ চৎত্নুন অমুক্ত থিরু। চৎলো।

[ তন্দে মান্দে তুং হম্ন য়েং য়েত্নুন চৎখি ]

মুপী! সিদ লাও য়া হায়গে।

পী ঃ—চাক থোংলিবনে করিগিনো?

পা ১ঃ—অসাই স্নুক কুইরবনু থোংগেদি হায়দন হুজিক্ত করিগি থোংদৌরিবনো? থোংউন্মু সিদ লাও, রারীত্নুম শাস।

পী ঃ—করি রারীনো?

পা ১ঃ—নংন যত্রবদি ঐথায় যুস্বান্সি চাউখৎপ ঙম্মেইদৌরি। নং মীচং মীথায় নায়নু। পুকচেল শেংব ত য়, মী অত্তৈ-বুস্ন পুকচেল শেংনব তন্বিব তায়।

পী ঃ—মীসি মীন শেন্ন য়াদে, মশান রারকচদব য়াদে নংগুম্ব নৈপেথেক্তনব মীসি অহুমগি মনুংদ অনী হেক্ত য়াওরকই।

পা ১ঃ—মত্তু নংননি থবকৈত্তে নৈথোক্লগ ননাক্ত লাকপ মীবু নংন লুন তৌবননি।

পী ঃ—পী ঐবু নীংত্নুন লুন তৌরব পা অমবু পী ঐন লাই-থোকপ ঙমদবনে।

পা ১ঃ—অত্তুদনে নৈবাক্ল কাংখোং চায়রিবসে, নুংশিহৈ।

পী ঃ—পাসি অফবনি ফত্তবনি, মত্তুক শেংবনি শেংদবনি করম্ম খঙদগে? মত্তু পুথোক্তি, মখেদি নৈবাক্সি চাউখৎপ য়া-রোইয়ে ইবুংঙো।

পা ১ঃ—ভৌরকপ থবক্তি খঙদ্রো— মরমচৎতৈ মচীন্দু থাজকনো খোইহী তৈশিন্নবনে। পাঙ্গল, লৌশিংগ, পুকচেল শেংব মরম ওকপগ পুল্লগ অমুক্তং নুংঙাইন হিংব য়াত্রা য়েংসে। পোকপদস্তু অয়ো ইমা— হঙা হঙা হায়দুন পোকলে, শিবদস্তু অয়ো ইমা হায়দুন শিরে। মরক্তি মীংকুপ খরসিন্থু ইমাদ লাওদুন লৈরত্রা ঐখোয়বো ?

পী ঃ—থবক চৎকনি হায়দুন চৎখ্রগ কৈদৌন হল্লকইবা ?

পা ১ঃ—নংবু মী রাল ভাঁম্বগে হায়দুন লাকইবনে।

[ পা ২ পরপ পরপ চেল্লগ ]

পা ২ঃ— কাম্নব থবক্তি তৌগে হায়দন কৈদোব্বিবনো ?

পা ১ঃ— নংন থিব চৎনুব অমত্তুদি ফংলক্তু্রবাও ?

পা ২ঃ — নংন মা হল্লগ ঐন থিব থঙব হৌনব্রা ? নং চৎলগ থিরু চৎলো। ঐ থবক নাম্লম গ, ৱারেম ঙাংদুন লৈ-বগ কনি ওকক্তবগে ?

পা ১ঃ—হয়া। মান চুম্ব শাংঙ ঐখোন্দ বাবক্লরিনে ? লেক-চব তৌরিংনে, লাইথিক ভাঁম্ববিবনে চাউখংনব—

[ পা ৩ লাক্লগ ভফিং ভফিং ]

পা ৩ঃ –ঐ যাম্ন তল্লেবো. চাউখৎলবা অহৈ অশিংসা।

পী ঃ– কৈদে ববগে ? মরম অদুক ওকপ নংন টাউন উকল্লগ তল্লকুইববো ?

পা ৩ঃ—টাউনগি মী অয়াম্বদি পুকচেল শেংন থবক শূরগ নুং-ঙাইখৎপ পামদে মী ১০ গি মনু দ ৯ দি উত্তাংলী— মখোয়গুম্ব মীগ তিন্নগ নুংঙাইব হেঙ্গৎনি হায়বসি ঐ

থাজদ্রে। নখোয়নীবু কান্নব থবক্তি চৎতন ছুটি লৌরগ ঙুমদ নুপী অঙাংগ পাকফোং চন্নদুন লৈরম্মিবসি লৈবাক্তি করি কান্নদৌরিবনো ? মতুন য়ুম্বান ফগৎকদ্রাও ? থায়-নরসিরাও ঐখোয় মরী ? য়ৈনশুনব পামদ্রাও ?

( ধমকা তৌদুনা কিন শী'দুন চংশিল্লি, অনীদুন পীগি মতুংদ লোৎলি। )

পী :—তপথখো অথৌব, মখোয়সি মরোশিং লৈখ মহৈ হৈব পা ঙাক্তনি পাঙ্গল ফব নংগ মখোয়গ তিন্নরগ লিং-জেল মান্নরবদি লৈবাক্তি কান্নব য়াই।

পা ৩:—মখোয়সিগ তিন্নবসি খোইদোদি য়াম লংথৎপজাৎনি অদুবু নংন থাম্মবনিন শাওররোই।

পা ২:—শাওগন্নু অথৌব থম্ব. জ্ঞান তানসি। ( মখুৎ নোইবি )

পা ১:—কোক্ল থবক শূব, খুৎন শূব খোঙন শূব পুন্নমক য়ুম্বান ফগত্রে ; তলব চাবস্থ চাদবস্থ অনংব লাইরব ঙাক্ত। থরদন নুংঙাইরগ মী অয়াম্বন ন লিবসিবু কোক্লব পাষ্বে লৈররোইদ্রাও ?

পা ৩:—কৈদৌরগ ফগদগে ? হোঙব নংন হোংবদ পাম্মি—নখোয়নীন পাম্মিনবু ফোওইবী'স হূরগ পুদুন চৎখিব্রাও ?

পা ১:—নত্তে তপথখো মরূপ থম্ব।

গেটস্তা পণ্ডিত অমদি মাইচৌ লাকই, মখুৎন দুররীন পাদুন মী ঙহাক এয় লম্বদ।

মাইঃ— মাইদৈ অসোয়বগি মুংশিন্নব প্রজাশা। লৈশাক চাউখৎ-
নব, মুস্বান ফগৎনব মসুংলোমদৈ পণ্ডিত অম থোরকই।
মহাক্ত তাম্নরগ প্রজাপুম্ব মুংঙাইখৎনব থোক্লম অম পাংসি,
সুধাইদ লাকপিয়ু। [মরীন ২হুবু ওকই]

প ১ঃ— চংবিরকসি পণ্ডিত, করি পাম্বেন ঐখোয়বু ফিভম ফগৎ-
কদগে খর তকপিয়ু। ঐখোযসু মুংঙাইব হেক্সৎনব
লম্বী থিজরম্মিংনি, কুম অমদৈ কুম অমন খর ফগদ্রা হায়-
রগ নংথবদ হেল্লি— চহি খরগি তু দ করি থোক্লদগে
খনবদ জ্ঞান মমদুন লৈজরম্মিবনি।

পণ্ডিঃ— মাইচৌ, লৈবাকসিগি মমিংবু মণিপুর হায়ব নত্রাও?

মাইঃ— মানি পণ্ডিত মণিপুরনি।

পণ্ডিঃ— মণি লৈব লমবু মণিপুর কৌই। মণিদু কদায়দ চৎপ্রে,
মণিদু মাংখিরন মণিপুর নংবনি। মণিদু মাংহন্দ্রবদি
লৈবাক্তি কাম্নবব শিজিম্নরবদি মণিপুর মচ করিগি শেৎপ
চাব ম্নাৎকনি, মুস্বাল ফগৎলোই?

পী ঃ— কদায়দৈ মণিনো ইপু?

মাইঃ— অদুদৈঙগী বভ্রুবাহন্ন মপাবুং অর্জ্জুনগি থম্নাই কম্নব পা-
তালদৈ মণি লোরুই হায়। মহাদেবনসু শ্রীকৃষ্ণগি রাস
শাম্নবদ মণিন থাংমৈ ওইন থানখি।

পা ১ঃ— মণিহ্ হুজিক কদায়দ লৈরমদগে?

পণ্ডিঃ— থাইনগি নিংথৌশিংন মথং মথং পীনরক্তুন হুজিক লৈবাক
ঙাকইবশিংন পায়নরম্ব ম্নাই।

মাই:— মখোয় অঙম্ব থরুদি মণিদু পায়বন নোংম নোংমৈ মুং-
ঙাইখৎলি, প্রজাশিংন নোংম নোংমগি নংথরকই।

পা ২:—অদুবু কৈদৌরগ ফগদগে?

পণ্ডিঃ:—দরখাস্ত অম থাকুব তায় অঙম্বদঃ লৈবাক্তি মণিদু মরম্মাই
মুংঙাইনব শিজিন্নবিরমু প্রজাশিং মুংঙাইনব শিজিন্নবিয়ু।
সহি অমমম তৌশিল্লু চে অসিদা।

পা ১:—করিগুম্ব থারক্ত্রুবদি কমদৌবা অফল?

পণ্ডিঃ:—নখোয়ন ভোট থাদরগ কাখিব অঙম্বশিং নল্রাও? ঐখোয়-
গি ফনব মণিদু শিজিন্নবিদ্রবদি ঐখোয় ময়ামগি ভোট হ্
হন্দোকপিরো হায়কুরগ লোইরে।

পা ১:—মদু কৈ, ময়াম সহি তৌনরো— চৎসি দরখাস্ত থাকুসি
[ সহি তৌই ৪ মক ]

মাই:— মণিপুর'গি মণি — ( খুম্ব ) মাংফদে।
মণিগি লৈবাক — „ নংফদে।
[ টাউন লম্বীদ মীয়ামদু লাওডুন চৎখি ]

( গেট্টুগি অঙম্ব চংলকই মতুংদ পাম্বোম ইল্লকই )

অঙম্ব: অতৈ পুম্নমক অরাইবনি পাম্বোম, শেলন খ্বাইদৈ অথোই-
বনি। মিংচৎ, ধর্ম্মনীতি, রাজনীতি, মরূপ মপাং, ভোটর,
মখোয়সি মতম মতমগি পাম্বৈনি শেলদমি মতমপুম্বদ
কাম্বব শেলন পুম্নমক ফংই।

পাম:— অশেংবনি অঙম্ব ইবুংঙো। শেল পীরদব কেন্দিদেট
থবক ফংহজদে, মফম কাখৎহন্দে, শেল মাওদন থারব
দরখাস্ত অরেম্ব চেজেৎনি।

অঙম্বঃ—তাইবং মীগি হয়েং ভস্ব ঙমদে, জৌ-শীঙ, দোকান প্লোট মরীমতা শোইদব খন্দুন মমিং পানবিহৌ।

পামঃ— ইবেম্ম অপাম্বীগি লৌনৌহু পাট্রা তাহনজগ্রে। মৌপ্‌া অমনে ময়া অমনে থবক অমমম তৌহনগ্রে। দোকান প্লোট অমস্থ মীঙোন্দে শংলগ মঙোন্দ পাল্লনি।

অঙম্বঃ—গূড, অপাম্বীদ পীরিব খুদোংচাবশিংদু মী অতৈদ তাহনব য়াদে। কনফিডেন্সিয়েলনি, য়াণীন তাগ্রবদি য়া থোক্লে খঙঙ্‌।

পামঃ— অঙম্ব ইবুংঙো ঐ চেকশিন্দব নিপা নচ্চদে। ঐখোয়গি কাংবু উশিত্তব, হুনব মীশক খর লৈরে, মখোয়দুবু মত্তিক চান য় য়কপ পামজৈ।

অঙম্বঃ—মদুদি তৌগদবমক্লি। য়েক্লব পূম্ববু লৈখা তানব তৌগদবনি। ইত্তিক লৈব ঐখোয়বু উশিত্তবশিংদ মত্তিক মতিক চাব পারা ভস্বিগদবনি করিগুম্ব পাম্বেন ঐখোয়বু থাদব হুম্বর্বাশিংবু লাক্লগদবনি। ঐখোয়গি মীচংশিংদ খর খয়দ ওইরবস্থ ওইজ ওইথক থুংগদবনি। মুংঙাইনে হা! তৌব ঙম্ব ইত্তিক লৈব হায়বসি।

পামঃ— ইলেক্সন্দ ঐখোয় কাংবুন অহু অদা পাংথোক্কনি শেৎনচানব য়াৎহল্লোই হায়বদু কাউদব অপঙব মী য়ামগ্রে।

অঙম্বঃ—লাওব হৌনবগি চীন্দ থোকপ পংলাও লাওবহুবু য়া ওইন লৌরবদি থবক শুনিংদব য়ায়েম ভাংব মী হায়হুনি।

পাম়ঃ— ব্লায়েম ঙাংব, সুংশিশিত্রব, ত্তে কঙা শন্দোকপ মী থয় লৈরিয়ে, ঐখোয়ন থবক হাপ্পদ লোম্ন চাব শেল, মীচং খোম্বদ ভিংথিব শেল মশীং কাওব চপ চান থঙবজ্বাৎ মখোয়ত্রু কানব কৎকৎ, আইন অমত্তং শেম্ব য়ারবদি পেনগ্রনিদা।

অঙম্বঃ—তুংগি কিরেপ অম চানব মরীমতা ইমুং মমুংগি লন-থুম চাউথৎলম্নব হো·নবদ লৈবাক্কি অঙম্বনি হায়ব কাউরবনিনে পাম্বে'ম।

(অহনবী কে'ন শেৎ চারগ শাওরংনন কিফি কারত্নন লাকই গেটলোম্বদৈ)

অহনঃ—ঐখোয়গি অঙম্ব লৈত্রাও?

পাম়ঃ— লেংশিনবিরক্সি ইতৈম ইবেম্ম নত্রাও?

অহনঃ—ঐন থবক অমত্তং— মীগি লুহোংব চৎলুগে হায়রবদি গাড়ী শংদে, আফিসকি কারদ ইমুংগি মী অতৈন তোংব য়াদে হায়বত্নন, কয়িগি ঙসি নহাকি অপাম্বী অচানবীন আফিসকি কার তোংলগ লুহাংব মক্ষমদ লাকহল্লি?

অঙম্বঃ—নেমন ব্লা ঙাংউ অহনবী, মী অতৈ তাথিনি৹ তপাথী ক্ষম্মগ ঙাংন্সি। [ক্ষমহল্লি]

অহনঃ—ঐ ফম্নিংদে অপাম্বীগি ক্ষক্ষমত্র।

অঙম্বঃ—পাম্বোম, চা কপ ২৩ দং লৌহল্লু। মী অতৈ চংহল-লক্বম্ব নহাক হেক্ত পুরক্সউ।

প মঃ— য়াম ফনি অঙম্ব। ( খর চংখিবদ )

অঙম্বঃ—ঙাইখো, অকোইবসিদ মী অদৈত নাকোং অত্তে লৈহন-
গনুকো।

অহনঃ—অদৈ তাম্হোক্কে হায়বদি তাম্হোকখো, হৈনৌ মখোঙদ
ফমহৌবী অপাম্বীদুদি তাম্হোকখিনুকো।

অঙম্বঃ—অপাম্বী! কৈদোব লাকইবা মাদি?

অহনঃ—ঐন পুরকপনি য়াফংনগে হায়দুন।

অঙম্বঃ—অহনবী নংবু ঙাওরব্রাও? মল্লবীরাও? ঐনদি নংবু
হন্দুন্দ লৈবীনি খল্লি— অদুগ নংন আফিসসিদ ঐবু
ইকাইব পীগে লাক্লরিবা?

অহনঃ—অঙম্ববু ইকাইব পীব ইত্তিফ নচ্চন্দ। ইথরাই চাক-
ইবসি কোক্লব য়া শেংদোক্লগে লাকচবনি।

অঙম্বঃ—শেল থোক্লগ, ইত্তিক লৈব অঙম্ব ওইরগ মুংঙাইগব্রা
হায়ববু— করিনো ঐন মুংঙাইরিব মমুংঙাইসিবো?

অহনঃ—ঐন ইপামদ চৎখ্রগ অমদু পু পুত্নন টুরদ লেংখিয়ো
—ঐগি শেংদোকপীয়ো। [ হিক হিক কপই ]

( পা৩ চাপ্রাসী ওইন চা অনী পীরৈ। অপাম্বীসু কেন
চংলকই )

অঙম্বঃ—নং কনানো?

পা৩ঃ—হন্দক কাজব চাপ্রাসী।

অঙম্বঃ—নমিংদি?

পা ৩ঃ—কৌবোৎ ৫০।

অপাঃ—নমস্তে! মন্ত্রী সাহেব, নমস্তে মন্ত্রীদ ওংবী!!

অহনঃ—খম্মু অপাম্বী, মন্ত্রীগি অচানবী। ঐ নহাক্ত ব্রাফংনগে ঙাইরম্মিবনি। অহেম!

অপাঃ—করি ব্রানো?

অহনঃ—নথৌনা লৈন খুম্মু, চেন্নমুসি ব্রা কোইথোক্তনবা।

অপাঃ—উকীলগ উকীলগ লেপ্নবদ কিবগি ব্রাকম লৈতে। ইথৌনা লৈতন স্নুক চাউব কেশত লেপ্নরোই।

অহনঃ—ঐখোয়গি মন্ত্রীসি নংগি ওইরে হায়ন তারে, অচুম্ব নত্রা?

অপাঃ—মশাদ হায় হংখো, ঐন হায়রগ থাজদব য়াই। মীন ঙাংনরিব ব্রাদু ঐদি মুংঙাইরিবনি। ঐগি নত্তে হায়রগ অদোম্মু হরাউবিগত্রাও?

অহনঃ—নঙোন্দনি ঐন হংলিবসি, নংন অপাম্ব লখুসীদ খুম্মু।

অপাঃ—মণিপুবদ লৈব মতিক মগুণ লৈব, মশক মতৌ ফজব মথৌ ঐগি ঙাক্তনি। মদুদ নখোয়গি মন্ত্রীস্ব য়াওরম্ব য়াই।

অঙম্বঃ ঐগি ইফমসি মীন কল্লক্লডুন ইনথুনব অহিং মুংথিল অরেপ্ল নাইদন হোৎনরিঙৈসি নখোয়নীন অচংব ঐবু য়ুবীরাকপী শাঙ্কবদৌন লাক্লরিববু করি কাঙ্করিবগে? নখোয়নীন ঙাক্লৌ ওইডুন ঐবু তুহন্দনব হোৎনবন ফত্রাও?

অহনঃ—ঐদি নহাক তুরবদি কল্লক পেন্নি, নচৎ চুম্নদবগি।

অপামঃ—ঐদি মন্ত্রী ওইহোব নিপাদু খুত্তুম চম্নব লাক্লনি। মন্ত্রীন লৌব নুপীসি য়াম্ন পঙগল্লি, লক্লব মুংঙাই।

অহনঃ—অঙম্ব ইবুংঙো, নহা শেংউ ঃ ইমানীগি মরক্ত কয়ম্ব থক্সোরগ করম্ববু থায়নবিদগে—? লৈবাক্তি অঙম্বন অনি লোনব য়াদে। ইমানী হুজিক হা হা লাওন হেনররদি অঙম্ব চোপ্পুন তোক্কনি। অহেম!

অপাঃ—খংনব হৌরক্কনু হৈ-দে, ঐন হৈজবসি চান্নবদনি।

অঙম্বঃ—অহনবী, মীয়াম মমাংদ হা হা লাওন্নু নচা পাখঙ লৈশাবী কারবশিংজ্জুন ভারগ কবি হায়গদগে? নংবু ভাওরব্রাও? অরেম্বদ নকোক শাদোবৈ শরুক শেল ভাল্লো, নয়ল লৈ-ৌনব নহৌশিং শিজিন্নৌও।

অহনঃ—ইথন্দ ভায়রগ লন লৈনবনে ঐন থিগৎলিবসে।

অপাঃ—মদুদি লৈবাক্তি অঙম্ব ওইহন্দ্রে, নয়মাইগি তারে ইবেম্মা। মবুকচেল চাউব ফত্তব নত্তেয়ে— লৈবাক্তি মীদি। নুপী ময়ামগি নিপা—নুংশি হৈব।

অহনঃ—লৈবাক্তি অঙম্ববু মবুক য়াংব হৌনব্রাও হৈশিংবী?

অপাঃ—থাইনগি নুপী নংন খঙপোৎ নত্তেদা মতমগি ঊয়াং।

[মপান্দ মীয়াম্ন লাওব ভায়]

মণিপুরগি মণি—? য়াংকদে। (খুম্ন)

মণিগি লৈবাক—? নংকদে। „

অঙম্বঃ—পুলিশ, পুলিশ।

( পাম্বোম্ব পুলিশ কাবক কাবক শারব পা ১, ২, ৩, বু পুরগ মন্ত্রীদ সালাম তৌরৈ )

পাম্বঃ— ননাইশিং সত্যাগ্রহ আন্দোলন লাকই অঙম্ব।

অঙম্বঃ—চৎলু গেট্ট নখোয় খর ঙাকউ। হায়, খরন লৈহৌ, ইনাক্ত। নখোয়নী চৎহৌরো কোম্ব রাজু ঙাংনসি, কনা কনানো খর মখোয়নীসি থিন্দোকউ। পাম্বোম নং, মপান থোক্লগ আন্দোলনকারীগি লুচিংব খরদ চং-হল্লকউ। নখোয়নী চৎলোনহায়।

অহনঃ—ঐদি চৎলোই কুম্মৈ য়েংথিনি— টমীৎ পেম্ব।

অঙম্বঃ—ঐন ইকম ভারবদি নহাক লৌকুমদুন চানি, চক্রীগি রাই খপুন হিংনি ?

অহনঃ—চক্রী মপু মহাজন্দুদ য়ুম হেক পাল্লগ লোইরে।

অঙম্বঃ—অপাম্বী নংসু চৎখিবন ফত্রাও ?

অপাঃ—খাবল চোংভমদসু মোংভমদসু নতুং ইঞ্জগদবী সতীনি।

অহনঃ—অহেম !

[ অঙম্ব হক্সৎ হন্দা জ্ঞান মাংদুন চৎলি ]

অঙম্বঃ—হায় ! ঐবু শেম্বব অমত্ত লৈত্রবনে নখোয়বো ?

পাম্বঃ—( চেল্লক্লগ ) মী য়ামখ্রেদা অঙম্ব, লোমী শিন্মী, মখুৎ হৈব শলাই ৭ কি মী চিপ্পদ্রে, পানা ৪ গি মী পুল্লে।

[ মীনিন ভায় মপান্দ ]

অঙম্বঃ—করি রাথোক্কিনি হায়বগে ? মবুক খন্দবৈয়া ?

পাম্বোম—মবুক্তগি নত্তে, মশা কুপ্পব ফিরোল, মকোক খম্নব যুম-যুম্বান সুংঙাইনবগিস্থ মমিৎ মনাকোং পেন্নবস্থ।

অঙম্ব :—লুচীংব অম অনীদ চংহল্লকউ, অতৈ লাকহনগম্মু মশীং য়াম্ব—হৈনদে। [ পাম্বোম চৎখি ]

অহনবী :—মুপীদি মশীং য়াম্বি নীংইদো—? অহেম—

অপাম্বী :—জৈ রাম, হরে কৃষ্ণ! হনুমান ঠাকুর—।

( পাম্বোম, মাইচৌ, পণ্ডিত, দারোগা শাব পা ১, ২, ৩ চংলকই, নমস্তে তৌনৈ )।

অঙম্ব :—করিনো নখোয়ন পাম্মিববো লুচিংবশা? [ ফম্মো ]

( অনীদু ফমহল্লি, অঙম্ব ফম্মি অপাম্বীন লেপ্পুন হুমাই হুম্মি অঙম্বদ, অহনবীন অপাম্বীদ হুম্মি। পাম্বোম মত্তেং পাংই রা খম্নবদ—দারোগাশিংন মী ঙাকই )

মাইচৌ :—ননাই ঐখোয় দরখাস্ত অমত্তং কচ্চগে লাকপনি।

অঙম্ব :—মরোলদু পারকউ—।

মাইচৌ [ চেদগি পায় ] : লৈবাক পুব অঙম্বা! মণিপুর মণি লৈব লৈবাক্তি, শেৎপ চাব য়াৎফদে। হুজিক মীয়াম্ন য়ানরিব নংনরিবসি মনি মাংহনখিবননি। মনিদু লোৎপিম্নু, পুখোকপিরকউ লৈবাক্তি সুংঙাইনব শিজ্জিন্নবিন্নু।

অঙম্ব—ঐদি মণি লোৎতে, মাংহনদে—। লৈবাক্তি সুংঙাইনবদি কয় লাক্করি। অহিং অমদ চেংচাক হোংহনব য়াদে—। লৈবাক্ত য়ানব উবদ ঐ ইশামক নোংমদ চয়া অমত্ত চাজরিবনি।

অপাম্বী:—অশেংবনি।

অহনবী:—অহেম।

পাম্বোম:—ঐখোয়গি সরকার সিদি মণি পায়দে, বভ্রুবাহন লৌরুব মনিকাদু ঐখোয়দ শিন্নরয়দে।

অঙম্ব:—মহাদেবনস্ম মণি থনমদে—থ'ঙবিরুম্ন প্রজাশা।

পণ্ডিত:—নিংথৌরোল কয়া থিগৎ্‌লন য়েংনবে, লৈবাক ঙাকপ ইবুংঙোশিংন চাকহোং ঙাহোংহনব ঙম্ব মণিদু মথং মথং খুথাং শিন্নরকপ তায়। মণিদু মাংখিদুন নত্রগ মণিদুন প্রজাশিংগি কান্নবা শিজিন্নদবদগি লৈবাক মীয়াম নং-নবনি। মণিদু পুথোকপিরকউ।

অঙম্ব:—মণিদু ঐগি সরকারসিদি পায়দে থঙদে—। লৈবাক্কি সুংঙাইব হেঙ্গৎনবদি কয় লাক্লরি ইশামক শিৎত চা শিৎত শেং।

মাইচৌ:—অদুদি অঙম্বগি সরকারসিবু ঐথোয় প্রজাশিংন থাজব ঙমদ্রে। মণিপুরগি মণি—[ খুম্ব ] মাংহ্নদে।

মণিগি লৈবাক— নংহ্নদে।

মণি হুরানব সরকার— থাজদে।

লৈবাকপু নংহনব সরকার— ভোকপিয়ো।

[ হ্যায়োগাশিং অহনবীদু খুম্ব য়াওই ]

অঙম্ব:—ঐখোয়ন কয় থাদোক্রগ লৈবাক সুংঙাইনি হায়বসি মীয়ামগি মোত ওইখিন্দ্রা?

ময়ামঃ—মানি, মানি। [ খুৎ থাঙ্গৎনৈ—অপাম্বীসু কোয় থিৎতং থাঙ্গৎলি ]

অঙম্বঃ—ঐখোয় ঙসিদি থবক তোবলে সরকার ওইজন্রে।

( অঙম্ব, পাম্বোম গিম্বা ষ্টোম তপ্ন চৎখি, অপাম্বী তন্ন তন্ন তত্তুং ইশখি—হন্নসু যেংলম্মি )।

পণ্ডিতঃ—সরকারদি লৈতব য়াদে মথৎদ, লৈবাক ভাকপিনবা লোমী থম্ববু থাঙ্গৎচরি। [ ময়াম খুবাক ]

পীঃ—ঐন শোগৎচরি, মবুক শেংব লৈবাকমচানি ঐথংজ্ঞ।

মাইচৌঃ—ইতেং পাংনব সেক্রেটারীদি মুপীমচাবু থাঙ্গৎচরি।

অহনবী—ঐন সমর্থন তৌজরে। [ খুবাক থৈনৈ ]

পা ২ঃ—অঙম্বগি পাম্বোম ওইনব ঐগি মফপ লৌশিং চাউব হো বশিংবু থাঙ্গৎচরি। [ খুবাক ]

অহনবীঃ—ঐন সমর্থন তৌজরে।

পা ১ঃ—ঐগি ইতেং পাংবিনব ইবেম্ম অহনবীবু অঙম্বী অম ওইন হাপচনীংই।

পণ্ডিতঃ—ঐন সমর্থন তৌজরে। [ খুবাক ]

মাইচৌঃ—লৈবাক পুবিদোরিব অঙম্ব অঙম্বী, অথোব অথোবা ৪ মক—রাশক লৌবিরো।

( পা ১, পা ২, পীচা অমদি অহনবী লেপথংলি অদুগ চপ মান্নন রাশকই )

মাইচৌঃ—মহাদেবগি শৈবাক্কি মহাদেবন সাক্ষী ওইবিসনু; লৈবাক্কি ফনব থবকতমক তৌজগনি; লৈবাক্কি অয়া অনং

কোকহনব ঙংদ্রবদি, চহি সিগি অরোইবদ ইফম থাদোক্কনি।

[ ৪ না খুমই মচিৎ মচিৎ ]

পণ্ডিত:—মণিপুরগি মণি থিগনি ; মণিডুন লৈবাকপুম্ব মুংঙাই-হনগনি। [ ৪না খুমই মচিৎ মচিৎ ]

খম্ব:—ঐগি মুংশিরব প্রজাশিং লৈবাক্কি মণি থিরুসি বারনীচীং কারগ। মণিডু ফংলগ লৈবাক্কি লৈত লায়রপুম্ব কোক্কনি।

অহনবী:—লৈবাকপু মুংঙাইহনব ঙমদ্রবদি ইফম ইরল লোই-নমক থাদোকপ তায়। হায় ওইরম্ব অঙম্ব অমদি মাগি পাম্বোম মথোয়গি মরূপ মপাংদ মরী মতাদ থৈদোকখিব লন থুম পুম্ব লৈবাক্কি লন ওইনব মুনব তায়। [খুবাক]

পি:—মতুনি সরকারসিন ইহান হায় পায়থৎকদব থবক্তি।

খম্ব:—মতুন চুম্মি, বারনী কোম্ম কাসি। পুলিশ লাও হায়—।

[ ময়াম চৎথি থোংগান লোমদ]

লাইর থাংপোক্ত অপাম্বী ফি অমনব জাইরবগি শেৎ অঙাং অম মনঙ্গন্দ পো, মকোক্ত কোকশেৎ অম শেৎ, অঙাং কপ্প থেম্ম থেম্ম য়াংকোক্ক কোরাম খপই। ইশৈম্ব ঙংই

অপাম্বী:—হায় তোম্ব হৌগৎলো, মুমিৎসি অা য়োগ্রে। নমাম্বব মরম ওকপশিংদি অঙম অথৌ, মন্ত্রী পাম্বোম ওইনগ্রে। অতনব নথোয়বু চাক চাদব য়াগদ্র'ও? হৌগৎলো থম্বো—, নথোয় তামোম্ব থর হোদোকউ নহায়—চেং-পাক শুরগ য়োম্মব ডেঙ্গী থর নেৎলো হায়ম্বো—।

[ ক্কৌ খপ্প খপ্প ]

হা—ইমা—ইমাও

ঐস্থ লাক্কে ইমাও—!

নোং চুই লাকপু

ছাত্তিন তুপত্ন মরাক্কে—।

লম্বেল নাল্লি লাক্কপু

চৈশু শুদন মরাক্কে ।

ঐন হয়েং চাউরগ

চাউর য়াঙ্গোন কারগা

সঞ্জেনথোংগী থোংয়াইদা

শাম্ন থক্ত তোংবদা

নোম্ন হায়ন চৎপদা

ইমা নংস্থ তোংহনগে।

কপকপু নহায় করি অঙাংনো শিবো। হুম হুম, নপাবুং ভাক্কুন য়ৈহল্লুরা নং—। ওঃ মখোয় পাবুং অঙাং লম হেল্লে।

অঙম্বঃ—( মমীৎ নোইদন হোৌগৎলগ ) অম্বুক লাংডুন তুম্ব থুগাই বসিবু কৈদৌরবগে মমা—? ওম্মোরা মুঃঙাইরব মঙ অম মন্ত্রীকা ওইডুন মঙজরগ নমা নচান লাংবদ হেক কায়দা। করিগিনো ঙম্ভা হোদোকইববো ? তোম্বা—

অপাম্বীঃ—তোম্বদু লাইশ্রমদৈ ফো বোরা অমত্তং পুরুচো হায়ডুন থাখি। অঙাংসি নঙ্গন্দ থোংগৎচরগে—অত্তুগ ডেঙ্গীসি ঙহাক্ত নেৎশিয়ো—। হোরেল থৈদেন্দ য়োজব চেংপাকস্থ মুনীস্থ লৈডেয়ে।

অঙম্বঃ—থম্বোতুন ছ'জিক ঝাওব হঙ্ক্তিববু করিগিনো? সত্য অঙাং অপিকপ চেনব পাপনিদ—ইমান্নথন মীরক ত্তিল্লি রাজনীতি য়াওই—এন অঙাং পোরগ ডেঙ্গী নেৎতুন লৈব তারবা—! [ ফম্মুগ মনঙ্গন ওস্থোকই, অঙাং থোঙ্গৎলি অপাম্বীন তম্বি—হুম্ হুম্......থরস্থ কুইন তুম্মু নহায় করি অঙাংনো?

( পা ২ না ফৌ বোরা অম মনঙ্গন পুরগ লাকই যায় রান মতৈ মনাওন ঙাংই চৈ—থৌদা তায় তায় থাজল্লি— )

পা: —চাউবা চাকয়াম চাব অতুক কুইব্রা ফৌ বোরা অম হোনবদ?

অঙম্বঃ—মসি শোইদন হে'টেলদ লৈবাকফি রারেম ঙাংনব তাব য়াওরম্মি—। পরপ পরপ চৎলু বিড়ি খর লৈরু, চাস্থ লোনথৎলু এ চা থক্তি।

অপাম্বীঃ—হায় থম্বো, শীঙ থায়য়ু—চেংপাক শুব তারি নথোঙতু থাংউ—। ইশিং বারটিল অনীদং লাকথৎপু। ঙরাং ত্তিঙলম্ব ফৌতু লোৎথৎলু—।

অঙম্বঃ—তোম্ব নংদু ঙারেল হোতুন লৈরব্রা? এ চুরুট থক্কে চা চক্কে—। হোটেলদৈ কংঙৌরা বোরায় থরস্থ শোৎলকউ—করিনো চৎলো হায়বনি।

পাঃ—হায়গি অঙম অথৌ মন্ত্রীশিংদু শেল অয়োনব য়ান্ন—ফুমলমক্রে হায়দা।

পাঃ—থবক চৎলো হায়রগ অদুরাও—শীঙ কদায়?

পাঃ—হন্দক অনৌব ফাব মন্ত্রীশিংদা চীনদি মকৈ হায়রে—থবক্তি থঙনদ্রি—। এদি থাজদে মথোয়দু

অঙম্বঃ—ইক্তে ঐবু ঙসি মাই তাদ্রিমানে। চাউবা, পৈয়া অমত্ত পীরকউ—ইশিং গ্লাস অমগ। হুম হুম কপকন্নু নহায়্ম মমা মানবী!

পা ২ঃ—হন্দকি অনৌব ইলেক্ট্রন্দ কারকপ অঙম অপৌশিংত্ত শেল কয়া তিনদ্রে হায়রি,—হান্নগিত্তবু তোক্লবদি হায়ত্তুন। খঙদ্রে, মথোয়্যত্তুস্থ মী শেম্মদ্রা মী ওহলদ্রা

অপাঃ—শাজো নংবু কৈদৌবগে খবর য়োন্দুন লৈরম্নুবা মতমসি খঙলোরোই ইন্নুমথানি।

(পাথো হ'শং তোপ্লি, শাঙ থায় ভাবন ডাক্ত)

পা ২ঃ—নিপ স্মচা ওহন পোকপসিদি মন্ত্রী অমুক্তং কানব লাইবক য়ে কৈ—।

অমাঃ—তোম্ব নং ঙসিদি খৈদেন্দ চেংপাক থারু, হল্লকপদ ব্রাই বোরা অনীদং কোলদগি নিরগ পুরকউ—।

পা ২ঃ—ইফম অমুক্ত' চাউবিৈঙত্তুদ ব্রাই ৈবদৌন নোট ১০ চৎপী ১০০ চৎ ীত্ন চীংমুক ব্রাংন পৈহোব।

অঙন্দঃ—বারুনী চীংসি চহি খুদিংগি কাব ৃাদনব ইঞ্জিনিয়ারগি ট্রেক্টরবু ললাম্নুং মুকত ব্রাংন তেমথে কহনব কৈ পঙত্রেদা লৈবাক অসে।

অপাঃ—লৈবাক ঃার ফবদ পোৎ থাব্রবদদ কোবীফুলম্নু চাউন শাৎলি, গণতন্ত্রম্নু ইংলণ্ডগুম্ব আমেরিকাগুম্বদ নিংথিন হৌই—।

পা ২ঃ—ঐদি ইলেক্সন্দ কারগ মন্ত্রী ওইব ফংলবদি শেলম্ব চাঙ-রোই, তলবস্ন লৌজরে ই—! ফিরাল থেৎপ কারদু তোংলগ য়েৎওই মাং তুংদ পুলিশন থৌগল তৌহল্লগ মুংশিরৈ খোয়গি হিঙ্গোলদ অমুক্ত থৌজনগে মপাবুংন খিংব কোম্হোংদু পেন্দ্রেক তক খায়রগ। ঐথোয়গুম্বদ ভোট থাদগেদি হায়দেদো রাজসনু মীশক খঙদবশা।

অঙম্বঃ—হায় অঙাং মা, অঙাং তুমখ্রে শুম্মুরোসে। চাকস্ন থোং-দোকউরো। ঐ সগরদ কাকুগে, থম্বোসি রাজনীতি পার্টি অমদ মমিং চনবিকুগে মচীন কনখ্রে।

অপাম্বীঃ—ঙাংদমক—ঙাংব থবক্তি তৌদব পার্টিদ য়াওহল্লু।

[ চংখি—"হুম হুম" অঙাং কোল্লগ ]

পা ২ঃ—তাধন মন্ত্রীগি মফম ১। ২ হাংলি হায়ন তায়, অমমম ওইহৌনব দরখাস্ত থাকসিনা?

অঙম্বঃ—রানোমদ্রন হিংব লৈব ক্ত ইফম চাউনীংদে তল্লি ঐদি য়াদ্রে য়াবিদব য়াদে শুম্মরোই শুম্বিদব য়াদে—অসিদ মতম মথৈ হাৎপন হঙ্গায় কোৰী ফদিগোম ফাওব তাংবনে

পা ২ঃ—ইবাইতোন লৈবাক মুংঙাইনব রা অমদি লৈরে—।

অঙম্বঃ—করি রানো উত থোইরা মবিবোপলা আব্দুলা?

পা ১ঃ—ইবাই য়াইমা, মন্ত্রী গি তলথসি ওঝা মচা নক্রগ কেরানী মচা অমগ মায়হল্লব—অদু ওইরবদি—নং ঐগুম্ব মতিক-চাব মন্ত্রী অফব থোয়রুনি।

অঙম্বঃ—তাইবং মীন মক্কম চাউরগ ক্কব শায়বদু দি সুপীন সনা পামদে হায়রব মত্তমদ ওইগদ্রা—।

পা ২ঃ—মান্নরোল সাম্যবাদ হায়বদু আতয়াদৈ থাদরক্রুবদি শেৎপ চাব ৱাৎনরোই, মন্ত্রীগি ক্কম, অঙম্বগি চৌকি মুন্নরোই। অঙম্ব কদায়বু কৌই খুডা ?

অঙম্বঃ—খুন্নবু সগোল ওলহনব ঙম্ব, শামুবু উতীপ ওলহনব ঙম্ব মীবু অঙম্ব কৌই—।

পা ২ঃ—অচুগুপ মী লৈবাকসিদ য়োক্লবদবু প্রজা ময়ামী অৱা অনং কোকপ হৌনৱাও ?

অঙম্বঃ—ককপ শোর ককল শোর—ৱাবণগি মঙকুম্বনে অঙম অথৌ মন্ত্রী হায়বসে। মখোয় লৈরিবমখৈ ৱাদব লৈ-রোইদব, মখোয় লৈত্রগদ্র লৈবাক পানব য়াদবনিন ৱাব তাব—।

পা ২ঃ—পোকপস্তু ৱাব, শিবস্তু ৱাব—হিংবস্তু ৱাব—!

[ পোৎ লোইশিল্লগ চংখি ]

( লম্বীদ লাকই মাইচৌ, পণ্ডিত অমদি পাম্বোম ৱারী শাডুন ৱাথলদ লুপপগ )

মাইচৌঃ—থনবু থস্তুকরবদি তাইবং মী অৱাবৈ অৱাব ঙাক্লনে।

পাম্বোমঃ—থন্দবস্তু য়াদবনে, অৱাবস্তু পামদবনে। মরম অদুন পোকপৈ হৱাউনব ষষ্ঠী পুজা ক্ষীর তল, শিবগি হৱাউনব ফোলা তল নাম সঙ্কীর্ত্তন, হিংলিডৈদ সুংঙাইনব লীলা কালা ফাগী কুম্মৈ ফিহোং।

পণ্ডিতঃ—মচু পূন্নমক অন্না অনা কুপ্পব পাউদর অঙৌব, কুচু অশেংবন অমুব অরাব।

মাইচৌঃ—খন্ন শাফনব বর্ম্ম নীতি, ধর্ম্মনীতি; ৫য়েং মপোক্ত সুংঙাইরুব, ৱারুব—ঈশ্বর অম থন্ন তাব তায়নফম শিন্নভম ওইনব—। পোৎ মাংখিব থিব খঙদ্রগী লাইন লৌখ্রে, কন্ন ঙমদ্রব কান্দ লাইগি নোংদম অসিন চিংব—।

পাম্বোমঃ—লাই হায়বচুন মশক উহন্দে, ৱা হংব থুমদে, লাৎপদ শেলদমক তিংই, মবুক লুই তিম্নব সু'ঙাইতে। লাই য়াওদন অরাব কোক্নব পুন্সিচু মাইচৌগ পণ্ডিতকন f বিব তায় —।

পণ্ডিতঃ—ঐখোয়ন মণি থিরিবসি অচুগিনিনে ঐবো —। মনিচু লৈরবদি — অরাব ফন য়াম্ন কোক্নব শিজিন্নব য়াদৌবনি।

মাইচৌঃ—ম ণপুরগি ইতিহাসত য়াওব নিংথৌশিংনদি তাকপ ঙমদ্রে মণি — লৈভম। ব্রিটিশন চৎখ্র'কান্দ মণিচু কনাদ পীরমদগে মখোয়ন পুখ্রব জাৎলা বিলান্ত্রা?

পণ্ডিতঃ—পুব য়ারোই, ৱাবন মঙককুম শৌব জাৎনি।

পাম্বোমঃ—মণিচু মচেৎ মচেৎ তাতুন মকুপ ওনখ্রবজাৎলা?

পণ্ডিঃ—অঙম অথৌশিংদি সু'ঙাই ওথাক অয়াম্বনা, মখোয়ন লোৎলন্দ তায় থিল্লি।

প মঃ—ময়ামগি ওইনব অদুদি মুনব তায় ইপু —

পণ্ডিতঃ—মাইচৌন অমুক্ত লাওথোকপিয়ু মাইকৈ শোমদ লৈব

প্রজাশিংগি অরা অনা, মুংঙাইতব পেন্দব, করি করি লৈবগে হায়বদু।

মাইচৌঃ—মাইকৈ অসোমগি ইচিন্নাওশিং! লৈবাক ঙাকপ অঙম্ব অথৌব, মফম নাইব অচৌ অশাংশিংন শোইবদৈ, প্রজাগি অরাব অনংব পেন্দব খোন্নকপশিংদু লৈবিরবদি খঙহনবিরো—পুম্ন দরখাস্ত অমদ থন্নাই চাকপ র'রোল ময়ামদু পরেং লেংলগ পীরুগে, মঙক মঙক্ত শিবিরুগে—।

[ পা ২ অমদি অঙম্ব পরপ পরপ চেল্লকই ]

পা ২ঃ—ওঝাশিং লৈবাক্কি লুচীংবশিং, ননাই ঐখোয়ন পেন্দন শাওনিংন লৈরিব নালিশ তৌনিংইব রারোলসিদি য়ামগ্রেদ, ৱাকৎ উপু দা ভুংখৎতুন থম্ব চন্দ্রবনে।

পাম্বোমঃ-- করি ক'রনো পেনবিদ্রিশশিংবো?

পা ২ঃ—পুথম তেঙ্গোৎতৈ চাক ঙেঙ্গাং লোরগ চাবসি চাবসি পুক থনফ ৎত্রিঙৈ হেক্ত লোইখোকখি; চুরুট অম থকই খঙহৌদে হেক্ত তেনশিল্লকই—; লোজগে য়োকচরিব থম্বাল মানধীগ সরকারন হেক্লগ অমদ হেক্ত পীখোকপিখি; ফংজব তারে হন্দক্কি কম মচাসিম'দ খোঙ্গাই নিক্তুন লৈজরবনি, অঙম্বশিংন অমরোমদ নামজারি দাক তৌখি—। করিনো ইমীৎত শেন্দাং মচা শেঙ্গাং মচা ওইন উব—শিংদুদ, অঙম্বন মপাঙ্গল খিৎতং হাপ্লিবদ খুমুপ্রং মকু কাকয়েল লংজা ওন্নদুন ইথক্ত

পাইরগ ইশন ফোইরিব ........ ..য়ামগ্রেদা লোইব নাম্নোই।

অঙম্বঃ—লৈবাক্তি নেত্তা ওইবিরিব ওঝা ইবুংঙোশিং—! মাইকৈ সোমগি প্রজা ননাই ঐখোয়না উজব তাজবদ পেংদবদি হুজিক পাল্লিব অঙম্বশিংগি খুজিল থোৱাং খুৎ-সেমদ মীচং নাইব, ঐগি মীগি খায়ব খুৎচৎসিনি খ্বাংদৈ ফক্রিবনি—থরন শরেং ঙক্রা য়ৌ চাব—থরন কাবৌ ভারীগ চানব চাক ফ দব, লমন খুম্ব পাম্ব লৗচিং, মীগ মীগ মাম্নহন্দব, চান্নহন্দুব, য়েংথীনহনব— ঐগি মীন লাল্লম্মগ ভুল, মীগি মীন লাল্লগ জেল! মীচং নায়ব শাসন্ন কৈদোউদ লৈবাক মুংঙাইরোই—, লাইগি খুৎশেম্ন য়ান পোক য়ান হিংলগ—য়ান শিব তারিব হুবাৎলন পুন্সিদ মীচং নাইব শা সনগি শামম্ন থুম অয়াকপ, হৈ অশিনব হৈজিল্লিব করিগিনো?

পণ্ডিতঃ—মণিপুরগি মণিদু মাগ্রে নভ্রগ লোংশিনগ্রে, মতুন শাসনসি কাগীদ তারে মী মী নত্রে শা শন্নে—মমৈ পানব। মরম অতুন অচুম অরাল অফ ফত্তগি বিচার থিদ্রে চৎনদ্রে লন নৈরগ লোইরে, শেলগিদমক ইজ্জৎ মিংচৎ থম্মোই থরাউ লোইন থাদোক্রে—! লৈবাক মাংলবনে লৈবাক মুৎলনে— লমশাগি লৗচিংন জয় ওইগ্রে—। সাধু সন্ন্যাস, সতীত্ব স্বার্থত্যাগ উদব চৎনদব লৈবাক-সিদ লৈহৈনে চেন্নসে অত্তোপ্প লৈবাক্ত।

[ চেশমিন্নখি—মন্নাম্মক ]

অপান্বীঃ ( অঙাং পেরগ তফং তকি' ঙাইখে ও ! মীরৈবাক্ত চেন্দোশরুক ইরৈবাকসি নুংঙাংনব শেমগৎসে, ঙাইখো, নহায় অঙাওবশা ! অঙাং চেন্নমন্ত্রবদি খঙদোবনিকো

[ তাম্নখি ]

অঙম্ব শাংবব হোংবব স্টং শোং, অহনবীম স্নারী শেং নরগ মপান নাইব কেন হঙ্গং হন্দা চং রারী শারি আক্তিন্ত।

হোংবঃ—ঐ ভব তাদ্রে সেক্রেটারী, লম্নাই লম্নাই—মরীমতা মরূপ মপাংগি রাকৎচেন য়াম্মনগ্রদ্রুন করম্বদ হাম্ন পীনি কনাদহন কনাদ রাৎ, মশীং থুংবা নাইদ্রব মবুক লাওথ্রব পেন্দব ঙাক্ত—ঐ ভাব তাদ্রে। অঙম্ব ওইব-সিদি সত্য শান্তি ফংব থবক নত্তে—।

অহনবী:—হোরেলদি শুংঙাইরব লীলা অম মণিপুর থিয়েটরদ উংকনি হায়রি, মতুদুম য়েংউসি—লৈবাক্তি থবকস্তু পং-থম থমজিল্লগ লোইবে থৌ শাবিকন্নু।

হোংবঃ—খঙদেনে অদুম হায়ন ঙাওশিন্নবনবু করদ্র ! কন্নিনো বাত্তোম্ন য়ামখ্রিবা—পুত্রী খোংবান হোঙব উন্নোকথোঙ শঙ্গাব, কোম্হোং হাংদোকপ, রাম্নেম ঙাংনব মিটিং থবক শূদনব—লাও খোংনব মীতিন......মিটিংদি চাউ-খংলে লৈবাকসেঃ লালহৌ সত্যাগ্রহ প্রোগ্রেসম্ন তোইরিব অঙ্গাং পোকপগি অস্থিসঞ্চয়গি মিল্লিব হল্লা শুলাগি লৈবাক নঙন নংদন কননা নংদগে ? মাইক পান্দুন লাংব লীলা,

কুশৈম, ইশৈ জগোই, মিটিং, প্রোসেসনপুম্নমক নোইজ তেকস লাংবগি খাজনা লৌবতায়, গাড়ী স্কুটর জীপ ইঞ্জিন মখোল থোকপ মখৈ খাজনা খিব ত'ম্ম, লাংবগি তোঙানব অম— ।

অহনবীঃ—খাজনা লৌশিনবগি ৱাদু মীন মুংশিদনবনি, ভোট ফংনব পীথোকপদস্ু খুৎসি খুবাম থর চাউসি, মীশক মীমাই য়েংলগ—।

হোংবঃ—কনা কনাদনো নংন খুবাম চ'উনী'লিববু সেক্রেটারী

অহনবীঃ—ঐদি লীলাদ থৱাই য়াওজব'নন এক্টর এক্ট্রেশশিংদ লুপা ৪০০।৫০০ চাব থবক ১০০ মুক্তং হাপ্পিসিনে। মখোয়ন ইফম চাউব ঐখোয়বু কল্লক্তুন লীলাদ ইতৌ তম্বদু ঐদি ফন— নুংঙা'জৈ—। অদুগ থবক হাপ্প মতমদ লীলা য়াওরকপ মীশিংদ হাম্ন পীবিব ফৈ—নত্তে, ডাক্তর, ইঞ্জিনীয়ার, উকীল, আফিসার ওইরগ ৱাঙাংব ফজদব এক্টিং হৈতব মীৎ নাই—।

হোংব:—ঐখোয়গি সরকারগি মওং হায়ববু করিস্ু লৈতে ইবেম্মা শেল য়াওদন পার্টি চাউখৎতে, মী নুংঙাইখত্রে; মরম অদুন ঐখোয়গী মী খল্লগ মত্তেং পীনি, মরল লৈহল্লি। ঐখোয়গি মাংনব তোব—, ম্নিংচৎ থীহনব দুম্মনশিংবু ঐখোয়গি ইতিক কয়া লুম্বগে খঙহল্লি। মপোক অসিম্ন হৌগৎলকপ ভমদনব য়েক্লব দুর্য্যোধনগি খুকউ কাং থুগাই-পনি থুদেকনি।

( থম্ব অগদি সুপীচা কেন শেৎ লিংলগ খোরক্ষই. মথুৎ খঙ্গগ ইশৈ স্থংলিম্লছুন—নৈনবঙ্গ মতেং পীনৈ )।

থম্বঃ—ইকম চাউবসিস্থ ঋন সু'ঙাইব জাংনি কো সত্য—।
মসি শিদ্রিব কাওব ওইনব ইরল ইপাঙ্গল ইরৌশিং শিজিম্মবতায় হা—সুপীমচা ? ( অতৈন নোকই )

সুপীচ'ঃ—এস য়োর ওনর, অঙম্ব অঙম্বী অনীদ ঐন ম্রাকৎ-চদোব হায়ববুঃ ইশৈ জগোই পাম্বশিংদ গ্রাস্ত য়াম্ম পীখিব আর্টিষ্টশিংদ থবক পীবিব, মহৈ তম্ম তম্ম বৃত্তি পীবিব— ।

হো'বঃ—কানবু কাম্নব্রনে ?

সুপীঃ—ঐ ইশাময়ক পেংনদুন থঙজরবনে, য়াম্ম কাম্নবো সুপীদদি।

থম্বঃ—ঐদি লৌমীদে হৌরকশনিন লৌউব চাউখৎনব, পুক-খম্নব লম্বীদ লৈবাক্কি শেল তঙ্গাই অম থাদব পাম্মি। অহিংব মীদ অতৈ অরাইবনি চাবন মরূনি। ইশৈ জগোই লীলা কলা—চাক য়া'ওদন য়াদে। লৌউব চাউখৎনব বিজ্ঞান্দ অম শেল য়াম্ম থাদনি— ।

হোংবঃ—অতৈ পূম্নমক অরাইবনি. পাটি চাউখৎনব থুম্মিব লু শিংদুদ লৈবাক্কি শেল তঙগাই অম থাদব ভায়—। ঐখোয় পার্টি চাউখৎতন অতৈ করিগুম্বন চাউখৎপ অর্থ লৈতব ব নি—মদু থঙ্গদবনি, থবক তৌব তৌদব, লৈবাকস্থ চাউখৎহনব পাম্ব মী থুদিংন।

থম্বঃ—অঙম্বন হায়রিবদু থর কায়রেনে। পার্টিদ য়াওব

য়াওদব মী পূন্নমক চাক চায়, মক্কি শেংলি। ময়ুম পাল্লি—। ঐখোয় কাংবুদ য়াওদ্রবদি চাক পীজরোই, থবক ফংহল্লোই ময়ুম মৈ থানি হায়ব হৌনব্রাও?

হোংবঃ—মরৈ য়েংকন্নু থয়, পার্টি দিসিপ্লীন কায়ব য়াদে পার্টি হিংজনব ভায়, মী অরাইবনি পার্টিন অরুবনি।

খম্বঃ—মী য়াওদন পার্টি লিংব য়াব্রাও? চাক চাদন মী হিংব্রাও? মীন হিংদন ঐখোয়গি পার্টিদ য়াওরগ করি কাল্লদগে—! শিথ্রব মথৈ পার্টিগি মেম্বর লিষ্টতা চনখৎলসিরাও? অফ ফত্ত অচুম অরালগি বিচার লৈত্রব মকোক্ল য়োংকোক পানবদু মী অম ওইন মমিং চল্লগ করি কাল্লদগে পার্টিদুদ—?

হোংঃ—লম হেনগল্লু খম্ব পার্টি দিসিপ্লীন কায়রবদি নফম ভাজনি—পার্টিদৈ ভাঙ্গে ক্ক ন—মদু খঙঙু।

খম্বঃ—পার্টিন অরুবনি মী অরাইংনি, লৈবাক অরাইবনি, পার্টিদ, য়াওদব মীদ থবক পীনিংদে, চাক পীজনীংদে - মীচং মীথায়—নাইদব য়াদে হায়ব কাংবুদৈ ঐ তোক রে থবকস্থ থাদোকচরে—লৌ উত্নু চানব পুক্লিং ইংন, ঐ চৎলে অঙম্ব ঐগি ফমসি য়োল্লগ পার্টি ফন্দ ওইনজ-হৌরো—। ন দি স্নপী মচা?

স্নুঃ— অঙম্ব অঙম্বী! পার্টিদৈ য়েংহ—ইজ্জৎ য়েংদব, ধর্ম্ম অমদি অচুম্ববু শেলগ ওংথোকপন পার্টি চাউখৎপ য়ারোই—। লৈশাক ভাকপ হায়বসি ভাম্নু খুঙ, ওঙ্গায়

হৱাইমত্তোন য়োনবগি কায়বায় নত্তে। পাটি পুম্নমক্তি মী চাক চায়—, ফি শেৎলি, মযুম পাল্লি, নখোয়গি মীদদ পীজনি, ফি য়েম্নি থবক তৌহন্নি—অতৈগি মীদি শিজগ্নসনু হায়বত্তু ইন খোনব ডুমগি পোলিসিনি। পুকচেল চাউরগ মী খোল্লো, পাটি চাউরক্কনি ভায়। ঐগি ইনফমসিস্তু নিলাম লাউজহৌরো, পাটি ফণ্ড চাউনব, মীওৎপদ কন্নব—। গুদ নাইট—।

[ মখুৎ শন্নরগ ইশৈ ঙংত্নুন চৎখি ]

অঙম্বীঃ—( রখল তৌরম্বদৈ ) কয়াদ মী উশিংৎংিত্রবশিংনো! মথে য়সিবু মতিক চান লাক্কব ঙমত্রবদি, মখোয়দ ঙম্ন-ত্রবস্তু মচা মনাওদ মগুদ ভায়নব ঙমত্রবদি পাউরায় পায়বগি অর্থ লৈত্রে হোংব—। শাসন পায়রম্ব, মফম চাউরম্ব অঙম্ব—অঙম্বী পুম্নমক লৈবাক্কে পেক্লগ মাগি মাগি চফুদ শেঙ্গাওদ পৈনখিব ঙাক্কনি। মী অত্তেন শেন চাব চুপ্প—য়োৎপদি য়ারগ ঐখোয়ন তৌরবদি কারগি শাওরিবনো—? শাওগে শাওজসনু অঙম্ব, ঙসি হয়েং তম্ব ঙমদে ঙম্মিবমথৈ চোপ চোপ শেন চাগদ-বনি ঈচুপকদবনি থুদোং চাব ফংলিঙৈদা—।

হোংবঃ—মতুনবু চুমগত্রা ঐ জ্ঞান ভাত্রে, লৈবাক্কি নেতা ওইবসি অরাইব থবক নত্তে, ইফম চাউবস্তু অরাইব নত্তে। করম করম্ব শেল খোমগৎসিগে? মতমজি পংকুই কুইব য়াগনি হায়ব থাজদ্রে। শেল চাব, শেল খিব, রা

লোম্ম হৈব মী ৫০০ দং খিসিরাও ?

অঙৌঃ—অদুক চাউব প্লান করি কাম্নদগে—মীন মা মাদ লাও-থিদুন ভোক্লনি। চিনিদুম থর লৌরুসি কোওপরেটিভ ভগি, হোটেলদ ম্যেম্লগ দুনা তোংই হায়রি—। মচা অচৌব থিবিরুম্মু লৌশিনবদ লেপত্রগ ইনাক খুল্লক-কনিয়ে—। [মপান্দ মম্মাম্ম লাওব তায় ]

মণিপুরগি মণি—মাংফদে—!

মণিগি লৈবাক —নংফদে —!

মণিত্থরানব সরকার—থাজদে !

লৈবাকপু নংহনব সরকার—তোকপিরো !

(অঙম্ব অঙম্বীন ওকুন কিদুন লৈরিঙদ মীয়াম চংলকই পাকথদুন রাইফল অমদি ষ্টেনগন পায়বগি মতোদ মাইকৈ মরীবক কোয়শিল্লি। মাইচৌ মথন্দন মা ঙাংননব চংলকই।)

অঙম্বঃ- করি পাম্বিবা মীয়'ম্না ?

নাঙ্কঃ—মণি পুথোরকউ, লৈবাক মুংঙাইনব। নখোম্ম খরদগি লৈবাক নত্তে—। মসিনি এখোয়গি ম্রাকৎচে—দরখাস্ত

অঙম্বঃ—মণি লোৎতে, থঙদে এখোয়দি—।

মাইঃ—অদুগ নকম থাদোকউ নথম্রাই থানিংদ্রবদি।

অঙম্বঃ—থম্রাই পাম্মুই, কম থাদোকচরে।

[মখুৎ থাঙ্গৎলগ অঙম্বীম্ম সরেন্দর তৌই।]

মাইচৌঃ—কনানো অঙম্ব ওইবিনিংব চোংথোরকউ, মণি পুথোকপ ঙম্ব নত্রগ প্রজাশিংমু মুংঙাইন পালহনব ঙম্মগদব

নিপা মুপী—। ৱায়েন খুর্জ্জী পায়বিরো অঙম অঙম্বী কনানো। লৈবাকশিনথু'ন লাঙথোকউ—।

পণ্ডিত :—মতম খৱ ওইত্রুন মুংঙাইরুৱগ ঙমদ্রে হায়রবদি—? মাইচৌ থরাই কৎপ তাব চহি অম হেক শুৱগ। চহি ১ নিংথৌ ওই'বিয়ু, লৈবাক মুংঙাইহনৱ ঙমদ্রগ চহি লোইবদ প্রানদণ্ড, মথৱ ই কৎপ তাব।

পা ১:—কনামত্ত খমদ্রে, কনাম্থ চোংথোক্লক্ক্রে, করি উপায় তৌনি—?

মাইচৌ:—মত্তিকচা'ব পি পা থোরক্লিঙৈদ নুংচুম অম সিংহাসন্দ থিল্লগ ঙাকহনব--তায়—। নুংচুম থিরকউ, মী শিব শঙদ্রিঙৈ।

পা ২ :—(নুংচুম অম অঙম্বগি কক্ষমদ থিল্লে)

মাইচৌ:—জৈ জৈ—নুংচুম নিংথৌগি—জৈ। নুংচুমগি মহুৎ শিনবিনব মত্তিকচাব কনানো থোকপিরকউ মচুনি মীয়ামগি দরখাস্ত।

—[( * )]—

# মণি থিব

## ( নুংমায়দ সিন্দুর )

**অহুমশুব মতাং।**

( সিংহাসনদ নুংজাও সিন্দুর তৈব অম থিল্লি, নাকযেংত লাইনীং ফিজেৎ শেংপ পণ্ডিত অমদি মাইচৌ ধ্যান তৌরি, 'লাইরিক পারি, মন্ত্র পীরি—যদা যদাহি .. ....... । ধুপ থাংমৈ হৈরুক তাঙ্গা, অথেনপোৎ থিল্লি—মন্দিরগি মতৌ মওংনি।

রূপী নিপা, অঙাং অহল কয়া কয়ান লাই খুরুম্ব লাকনৈ শেল কংলৈ—অপাম্ব য়াম্বুং হংনৈ। থোংজিন্দ পোযাক শেৎপ সিপাহি অম সন্ত্রী ওইন লেপপি।)

সন্ত্রীঃ—হুজিক ঙহাক লৈরগ লাইনিংথৌ নুংজাউন ঙয়াং অহিং পণ্ডিতজী অমদি মাইচৌ ইবুংঙোদ তাকপিরম্ব লাইবাউ তাব ফংবিগনি। ল'ইনিংথৌবু থাজবিব ভক্ত প্রজা ময়াম্ব তাবিখিন য়ানি।

[ ময়াম ফমদুন লেপ্তুন ঙাম্বনৈ তাদৌবগি ]

মাইচৌঃ—ভাবিসি লাইনিংথোগি প্রজাশিং, ঙরাং অহিং লাই নিংথৌন মঙকাওনরগ ভাকপি স্বদি লৈঙাকলোম্নিঃ প্রজা খুদিংমক মাম্নন শেংপ চাব ভায়, য়ুম্বাল কৈবান মাম্নন লৈব ভায়। অহেনবদৈ লোথোক্লগ অরৎপদ হাপ্প ভায়। থবক পুম্নমক মন্ত্রী জজ, কম্নাইব কম্নাইবী পিওন চাপ্রাসি তলব চপ মাম্নন চাগনি। মথৌ নিংথিন ভৌদব মী মথরাই মাংজনি, অকব অরাংব থবক পুব মীন থা অমদ মুম্নিৎ ১০ নী কাওব পোথাব য়ানি, অতৈন হুম্নী মরিনীদৈ হেনব য়াদে। [ খুবাক খুনৈ ]

পণ্ডিত:—ঙরাং অহিং লাইনিংথৌ নুংজাউন মনাই অচানব ঐঙোন্দ মঙকাওনবিরম্বপি ব্রায়েল পথাপকি মরমদনি। লম লমদ খোকপ ব্রাথোক অত্রু লম অর্দ্ধাগ পঞ্চায়ম্ন ব্রায়েল চৈরাক অচুম্ব পীনগনি। অচুম্ব থিভম খঙন-দ্রব ব্রাথোক অকবদ লাংনি থৌন শম্ম। বিচার তৌ-বিগনি মতিকচাব কোর্ট কি কৎনরগ। আইনগি মমীৎত মী পুম্নমকপু চপ মাম্নন উগনি। মচীং মীথাই নাইব জজবু লাইনিংথৌন মথরাই লোগনি ত কপি-রম্মি। লৈবাক্ত অপাম্ব জজ অনী ঐগি ইতেং পাং-বিনব প্রজাশিংন খনবিব ভাম্ব। করিম্ব খঙদব মনাই ঐবু লাইনিংথৌন বিচার পতিপুম্নেন হাপ্পিম্নম্বি।

[ ময়াম্ব থাজৈ খুবাক খুনৈ ]

হোংবঃ—লাইনিংথৌ পাম্নব অহৈ অশিং অনী, মনাই ঐবু ব্রা...

অমত্তুং হুংজব য়াগদ্রা ?

মাইচৌ—হুংব য়ানি।

হোংব—লৈবাকসিগি মন্ত্রীহনবু কনান ওইদগে ?

মাইচৌঃ—লাইনিংথৌ মনাই ঐন ওইব ভারি অহানব চহিসিদ

চাউবঃ—অতৈ মন্ত্রী কয়ান ভেংবাংব ভারিবগে ?

মাইচৌঃ—অতোপ্প অনী অম লৈবাক্ত থনব য়ানি।

হোংবঃ—ইলেক্সন্দ অমুক শেল তিংদৌশরুক, লাইনিংথৌবু অফব মীশক কেন্দিদেটশিংদৈ থলহনব য়'রোইদ্রা ?

মাইচৌঃ—য়ানি, কেন্দিদেটশিংদু ১০০ চৎপী অমমম লাইনিং থৌদ মমিং হায়রগ মখুৎন কৎহল্লু।

[হোংব ১০০ চৎপী ১ লাইনিংথৌগি মাংদ থাদবগ]

হোংবঃ—ননাই ঐ ইমিং হোংব কৌজৈ, মন্ত্রীগি কেন্দিদেট ১।

[ শঙ্খ খুরুমই ]

চাউবঃ— ( ১০০ চৎপী থাদরগ ) ননাই ঐন চাউব কৌজৈ, মন্ত্রীগী কেন্দিদেট অম। ইলেক্সন্দ শেল য়াম্ম তিংনদৌ শরুক লাইনিংথৌন কাওবিবত্তুবু থাজজনি।

[ খুরুম্মি শাংন ]

মাইচৌঃ—( নুংজাউদৈ সিন্দুর মথোয়নীদ নস্থিরগ ) হোংব চাউব, চাউব-হোংব, হোংব-চাউব। [ নুংদ ভাক পায়রগ ] চাউবী চাউবন কানি, হোংব নং লেপপুম্ম।

[ মীয়াম্ম খুবাক জা খুনৈ ]

পা'ওঃ—লাইনীংথৌ পুজারী, ননাই ঐস্থ জজগি কেন্দিদেট অম

ওইজনীংই ( ১০০ চৎপী থাদৈ ) ইশীংন খম্ব কৌজৈ।
(খুরুম্মি)

অপাম্বীঃ—ননাই ঐস্থু জজগি কেন্দিদেটনি, ( ১০০ চৎপী থাদৈ ) ইমিংন অপাম্বী কৌজৈ।

হোংবঃ—ননাই ঐস্থু জজগি কেন্দিদেট ওইজখিগে (১০০ চৎপী থাদৈ) ইমী'দি হোংবনি। (খুরুম্মি)

পণ্ডিতঃ—( ও চুগী মরাইবক্ত নুংদ'গ সিন্দুর খর খর তৈবি নুংজাওদ পাময়গ মমীৎ উইরগ ): খম্ব, অপাম্বী, হোংব; হোংব, অপাম্বী, খম্ব; অপাম্বী, হোংব, খম্ব। হাপকদো-রিব জজ অনীচু অপাম্বীগ খম্বগা ওইরগ লৈবাক্তি য়াইফনি। ( খুবাক )

( হোংব চিন্তা তৌরগ চৎখি, অতৈম্থ চৎনথে, থোইবী মথন্দ খায়হোরে )

পণ্ডিতঃ—মাইচৌ মন্ত্রীহন, ঐ অমুক্তং হকচাং শেংদোকচরুখিগে।
( চৎখি )

মাইঃ— কনি পণ্ডিত বিচারপতিপুরেন। করিগিনো সুপীমচা নংন মীয়ামদগি চিথগৌরিবদি ?

থোইবীঃ—ননাই ঐ তইবুংগো মন্ত্রীহন্দ করিগুম্ব অয়োনব রা অমক্তং হঙ্গৎচনিংদুন।

মাইঃ— হায়মু তাসি, করি রানো ?

থোইবীঃ—মন্ত্রীসি অমুক্ত তাম্হোকপিয়ু।

মাইঃ— সম্রী নং গোঙ্গান্দ লৈরু, অতোপ্প মী অতৈ চংহল্লকনু।
মন্দিরদ লাইখুরুম্ব য়াগ্রে ওসিদি, মতম হেল্লে শায়রু।
( সম্রী চৎপ্রে ) করিনো নংন হায়নীংলিববু? নংবু কুমারীরা?

থোইবীঃ—মানি তাইবুংডো পোকপদৈ য়ুম পাঙ্ত্রি, থরাইন ভাব অমত্ত থেংনজদদুন ইরল ইথুমগ লৈজদবগ মতিকচাব নিপানস্তু পঙহায় হায়বিরদে। ঐখোয় তামোস্তু য়ুম পানবিত্রিব নত্রাও?

মাইঃ— হায় পান্দ্রি ঐদি লাইনিংথোগি মনাইনি, লৈবাক্কীস্তু মন্ত্রীহননি। য়ুম পানব য়াদে, মীচং মীগায় নাংনিল্লকনি, ঐদি প্রজা পুন্নমকপু চপ মাগন উব তাবনি।

থোইবীঃ—ননাই ঐগি লইবক্সি ফগৎনব ইচা ইরল ফংনব তাযোন অপোকপ অমুক্তং ঐখোয় য়ুমদ অহিংদ লোম্ন খুকর্মি য়ু শায়জগে তৌবনে।

মাইঃ— ঐ ওপ্মোই লৈবাক্কি থবক নত্তবদ মতম মাংব।

থোইঃ— ননাই ঐ লৈবাক অসিগি লাইবকথীবী অমনে, ঐগি য়াইফনব তৌবিবদি লৈবাক্কিস্তু ফনবনে।

মাইচৌঃ—মতুংদি চুম্মি। ঐগি থবক চিনবনে, অয়োনব থবক ওইবনে, কন লুরি শুপীমচা, অতোপ্প অতৈন উগ্রবদি ঐগি ইমীং থৌনি।

থোইবীঃ—কনাবু খঙহল্লুদগে তাযো, ঐবু অঙাওবীরাও? অপোকপ ওহাক খুরুমবিংস্ন চাক চরা অম হাবিখিব

অদুন লোইরে। কনান খঙঙ্দগে? চানবিদব য়াদবনে, ঐদি অতৈ কনামত্তবু থাজজদে তামো নত্তন।

মাইঃ— নং মী অতৈবু খঙহনবদি য়াদে।

থোইঃ— লাইনিংথৌন সাক্ষী; ইমা ইচাদনে লৈমিন্নরিব, অতৈ কনাম্ব খঙেঙাইয়ে।

মাইঃ— নং তলব চাব থবক পাম্ব্রা? থবক ওইন পীরগে?

থোইঃ—ঐ করিমত্ত পামজদে, তামোন লাইথুরুম্বিরগ ইরম্মাই ওইন ম্নুংঙাইখৎপ নত্তন।

মাইঃ— নয়মদি কদায়দা?

থোইঃ— শেবোক চুংড্রিংগি মাইল নুং ৪ শুবগি মখোঙদ লৈরিব সঙ্গোইমচাত্র ঐগিনি। ঙাইদুন লৈজরমগে থোঙ্গান্দা।

মাইঃ— নোংয়াইদ লাকে ঐ, নং চৎলো। থিন্দোকপিগে লাকও। (চৎমিয়ে) নংগিসি ঐগি পুকচেল চাং য়েংদোবিরবনি, ঐ খঙিঙ।

থোইঃ—হা হা, পুকচেল চাংয়েং নত্তে, অমত্ত ওইবগি য়ানে।

মাইঃ— নংগি নত্তৌসি মুংশাদি থর থীদা। ঙাইথো, অমত্ত হায়বদি?

থোইঃ—নোংয়াই য়োরগ তাকচগে। (মমীৎন নোকই)

মাইঃ— নং নমীৎতু কিদিকিদা। (চৎমিয়খি)

পণ্ডিত চৎলকই, লাইনিংথৌদ দণ্ডবৎন খুরুম্মুগ পক্কাঙ্কহ খুকমত্রিইক্তৈ।

পাণ্ডিত — লাইনিংথৌ ইবুংঙো, অচুম্ব বিচার অচুম্ব থবক তৌব
ছম্বব জ্ঞান পীনবিয়ু, পা[illegible] পীনবিয়ু। অচুম্ব-
গিদমক থরাই কাওব থাদোকপ কিদনব থৌনা পীনবিয়ু
ননাইদ। [ থুরুম্মি ]

( থাংমৈ থর মমথৈ )

অহনবীঃ— ( কপতুন লাপ্পা খুরুম্মৈ ) লাইনিংথৌ ইবুংঙো ননাই
ঐ মাংলে, ইরল ইথুমম্ব ইজ্জৎম্ব ডাকুশিংন লোইন
হুবিগ্রে। বিচার তৌবিব পঞ্চায়নম্ব মচা মনাও শোক্তনি
হায়দুন ডাকুশিংবু কনবিগ্রে, ননাই তোল্লবীদি মুৎলে
মাংলে। সন্ধ্যাদ লুট লাক্লগ ননাই ঐবু মাং তাকহন-
বিরে। হুজিকমক থিগৎপিদ্রবদি সাক্ষী জবান শেম-
দোক্লগ মবুকমাংব পঞ্চায়ন মচা মনাও ডাকুশিংবু
কলখিদোরে। ( পণ্ডিতকি মথোঙ মশা পায়রগ ) রায়েল
চৈরাক পুরেম্ম হুজিকমক লেংলগ থিগৎপিদ্রবদি মরাল
লৈবশিংদু লোৎগ্রনি। মবুকমাংব পঞ্চায়গি জজশিংবু
প্রানদণ্ড পীবিয়ু ঐগ্যা। [ কপই ]

পণ্ডিতঃ— তপথৌ দুপী, তপথৌ। ঙকাক্নং ইংথথৌ, অচুম্ব
থিগৎনবগিমক ঐ চৎকনি, নংগি রাকৎসি ঐ তারে।

মাইঃ— করিনো পণ্ডিতজী কৈদৌরবগে?

পণ্ডিতঃ— মুপীসিগি মপোৎ মরল ডাকুশিংন লুট তৌবিগ্রে।
বিচার তৌরিব পঞ্চায়ন মচা মনাও ডাকুশিংবু মরাল
পীরোইদৌরে। মন্ত্রীহন ৫হাক এৎকারী ৫ৎছব য়াগ্রে